ꯀꯔꯤꯁꯅꯗꯒꯤ ꯍꯦꯟꯕ ꯀꯔꯤꯁꯅꯅꯥꯃꯒꯤ ꯃꯍꯤꯃꯥ

# কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা



মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

ꯀꯔꯤꯁꯅꯒꯤ ꯍꯦꯟꯕꯥ ꯀꯔꯤꯁꯅꯅꯥꯃꯒꯤ ꯃꯍꯤꯃꯥ

# কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ



Thoubal District Branch,
Wangjing, Manipur

মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট মশা
ৱাংজিং, মণিপুর

[illegible]

# কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা

*Krishnadagee Henba Krishna Namgee Mahima*

*Written by Moirangthem Rajendra Singh*





| | | |
|---|---|---|
| লাইরিক | ঃ | কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা |
| অইবা | ঃ | মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ২০০৭ ইং |
| মখুম | ঃ | কলেক্সন (কর্টসিঃ অমর চিত্র কথা) |
| মমল | ঃ | লুপা ৬৫ |
| কোপী মশীং | ঃ | ৫০০ |
| অফোঙবা | ঃ | মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশা, ৱাংজিংগীদমক অইবা মশামক |

---

*নম্ফম ঃ-*

জে বি কম্পুটর, তেন্থাদা টাইপ সেটিং তৌরগা

বি বি ওফসেট প্রেস, ৱাংজিংদা নম্বা

# আধ্যাত্মিকপু পামজবা খ্বাই খিবিক্কী মফমদা

# কলিগী অমকপা কোকহনবা
# "কৃষ্ণনামগী মহিমা"

হরে কৃষ্ণ -

মশাগী পরিচয় মশানা নৎত্রগা কনাগুম্বনা তাক্কবসু মহাক্না তৌথোরকপা অদুতনসু তাকই। জীবন- চরিত্র নৎত্রগা আত্মকথা নৈনরগসু খঙই। মশাগী শিনফম, জাৎ অমদি লমচৎনচিংবা অমদি মাগী মতৌ পামজবা মতৌ উরু- খঙঙুবদগীসু মাবু শক খঙই হায়না লৌবদা লান্দে। তৌইগুম্বসুং থম্মোয়নুংগী অচেৎপবু ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্বদি ইরায় লায়দে। মদুগীদমক থোইদোকপা সাধনা অমগী মখা পোল্লি। মী মশেল অমত্তনি হায়বদি য়াই, অদুগা মীগী মী অমহাগী অমহানি হায়বদি খেন্নগনি। ঐসু মীওইবা সমাজগী মেম্বর অমনি হায়না চোংথোরকপনসু চৎনরোই। কোক অমসুং থম্মোয়গী মশক- মওংদগী খঙই মদুদি মহাক মীগী গুণ চেনব্রা নৎত্রগা হিংচাবগী নৎত্রগা লাইগী। শা উচেক্কচিংবা জীবশিংগী মনুংদসু শাহিং চাবা, নাপী চাবা অমদি উহে- ৱাহে চাবনচিংবা কাঙলুপ খায়রি। অদুগুম্না মী মশেন্দসু নুংগী ওইবা অমদি মশাগী স্বভাবতা খেন্নবা শোয়দনা লৈ। অমরোমদা ঈশ্বরদা পূক্লিং থৈজিন থৈজিনবা কাঙবুসু লৈরি অদুগা অয়াম্বনা থৈদোক্কুনসু। খরসু থৈজিনবা অদুগা খরসু থৈদোকপা কাঙবুসু মরৈ। কনা কনাগুম্বদি হায়রিবশিংসিগী ৱাংমদা মীৎ- না পান্দবগুম লৈনরি। পণ্ডিতনদি পূম্নমক অসিবু চপ মান্নবা মীৎয়েংদা উই -

"বিদ্যা বিনয় সম্পন্নে ব্রাহ্মণে গবি হস্তিনী।

শুনিশ্চৈব শ্বপাকে চ পণ্ডিতা: সমদর্শিন: ।।"

(মহৈ হৈবা নোল্লুকপা ব্রাহ্মণদা, ষনবীদা, শামুদা, হূইদা হূই থোংদুনা চাবদা পণ্ডিতশিংনা চপ মান্ননা য়েংই)

নাকল অমরোমদা থাজববু লাৎনবা অমসুং নুংশিবদা তিনবা জগৎকী হৌনবা ওইবা মরক্তা কাঙলূপ কয়া মাঙদা থেংনরি। অদুবু প্রকৃতি- পুরুষগী দিব্য জগত্তা মায়াগী প্রভাব অসিনি হায়বা খঙবা অমসুং

খঙদবা অনীগী মরক্তা সংসারগী কাল- চক্রনা লেপ্পা লৈতনা উঙলিবোই। মসিবু খঙনা থৈদোকপা ঙম্না তোপ্তোপ্পা লম্বেল অমদা খোঙ থাংবা ঙম্বা মী অদুদি ব্রাখল লেপ্লবনি হায়নবা লৈ। কনানা লাই নীংই খাম্বা য়াদে। কনানা লাই নীংউ য়াদে, হায়বদা লৌদে। পূক্লিং ব্রাখল লেপ্লবা মীওইতনা মায়াগী ব্রাংমদা নুংগী ওইবা ব্রাখল খম্বুবা ঙম্মি। মহাক মায়ানা শুম্বা ঙমদে। পরমাত্মাগী মশক ওইবা ভগবানগী চিন্তন, মনন, সাধনদা মবুক্লিং লূপ্পদগী হেন্দে। অদুগুম্বা মীশক্তি তাঙনা থোকই। মহাক অদু ভক্তনি।

ঈশ্বরগী গুণ থিবা, অদুগা নৈনবা ভক্ত কয়া অমনি মখোয়দুগী মনুংদা অয়াম্বনা শক খঙনরবা তেম্থা লমদমগী মোইরাংথেম রাজেন্দ্রসু অমনি হায়নীংই। কবিরাজ হায়নসু খঙনবা ওজা রাজেন্দ্র সাহিত্য পামজবা মীশক্নি। লাইরিক কয়া ফোঙলবা সাহিত্যকারনি। পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা ঙাওজবা ভক্ত অমনি। সৎ- সঙ্গগী মরক্তা চঙশিন্দুনা ভক্তিগ্রন্থদা মবুক্লিং লূপচবা মীশক অমসুনি। ভক্তসিগী 'প্রেমগী মহিমা' কৌবা লাইরিক পাজরে। রাধা কৃষ্ণগী প্রেম বিনিময় থোইদোক্লা চঙখোল্লি। অবতার লীলাগী শরূক খরগা লোয়ননা প্রেমগী থোইদোকপা মহাউ চেন্না পল্লি। লাইরিক্তুগী অরোইবা শরূক্তসু থেংনৈ: "কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা"। মদুদা নামগী গুণ ফজনা শীংথাই। শ্রদ্ধা, প্রেম অমদি ভক্তি হায়বদি থাজবা, নুংশিবা অমসুং কাউদবা ব্রাখল ভক্তশিংগী থম্মোয়দা তৃংদুনা লৈ হায়বা তাকই। ঈশ্বর নুংশিবগী মায়কৈদা পূক্লিং চিংশিল্লি। চুমই, ভগবান্দি প্রেমগী মূর্তিনি। ভক্তিতনা ইবুংঙো মাবু লাচ্চবা ফংবগী লাইবক ফবা ফংই।

হন্দক নৌনা লাইরিক ওইনা শাগৎপা 'কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা' পাজরে। লামায় হুম্ফুহুমদোই পানবা লাইরিক অসি মাঙদা পুথোকশ্রবা 'প্রেমগী মহিমা' গী অরোইবা শরূক অদুদগী চাউথোকহনবনি হায়বা তাই। ফনা নুংঙাই নাটককী মওংদা কথা- আলাপ ওইনা পুথোকই। পানীংবা পোকহল্লি। মরু ওইরিবদি রাজেন্দ্রগী নামগী মহিমা হায়বসি মপূং ওইনা কৃষ্ণনামগী মহিমানি। কলিদদি মসি নত্তনা অতৈ লৈতে হায়নরিবনি। মিকূপ খূদিং কাউদনবা কলিগী জীবশিংগী লান্ননবা শ্রীকৃষ্ণবু চেৎনা নীংউ

হায়বনি। মসিগী মশক মওং অমদি লম্বেল অনী থোক্লা পীরি: অন্তরঙ্গ অমসুং বহিরঙ্গ। ভক্তিমার্গ অনী অসিদা চরম পন্থ য়ৌনবা তাল্লু হায়বসিনি। ভাবকী লম্বেন্নি। মহাভাবকী মশক ওইবী শ্রীমতী রাধিকাদা প্রেমগী গুরু ওইনা চঙজবা তাবনি। রাধাগী ভজনতনা ইবুংঙো ফংজবা ঙমগনি হায়বনি। মসিদা অইবনা চুম্না অমসুং শেংনা পামজরিবা, মদু ফংননবা তাল্লিবা ব্রাখল্লোনসি 'হরে কৃষ্ণ' হায়বা নাম অসিবুনি। রাজেন্দ্র চৈতন্য মহাপ্রভুগী অনুগত পামজবা অচেৎপা ভক্তি আরাধন তৌই হায়না লৌই। মহাক্লা থিজিনবগী মতুং ইন্না থোইদোক্লা থাজবা থল্লিবদি কৃষ্ণনামগী থোইদোকপদি শ্রীকৃষ্ণদগী হেল্লি হায়বদু থাজবনি। মসিদা মশাগী অপাম্বতা নত্তনা খ্বাই- খিবিক্তা ফোংদোকপা পাম্মি, ভক্তিগী সম্প্রদায় লিংবা পাম্মি অমসুং জীবগী লান্ননবা উপায় পূম্নমক্তা খঙহন্নীংই। পারিজাত হরণগী ব্রাথোক্তা কৃষ্ণ মশামক্কা কৃষ্ণনামগা খল থাংগত্তুনা ওন্নবদা নাম্না হেন্না লূমই হায়বসি থৌদোক্কা লোয়ননা লৈখ্রবা ব্রারীনি। অমরোমদা ভগবানদি অনুমহাপ্রভূনি। সাকার অমসুং নিরাকার ব্রহ্ম স্বরূপনি। অদুবু ব্রহ্ম সংহিতাদা কৃষ্ণবু 'সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ' হায়না পল্লি। মসিগীদমক অচৌবা সাধনা অমগী তঙাইফদবা লৈ। কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘদা চঙবা তাই। ভক্তি রসামৃত সিন্ধুদা ইশাসি লূপচবা তাই। তৌবগুম্বসুং ঙমজদবশিংগী ওইনা শোনবদা ব্রাদবা, ব্রাখলগী পোৎলূম ওইদ্রবা কৃষ্ণনাম শোনজবদা ভক্তগী তুংইনবা পংক্তিদা শোয়দনা য়াওরবনি। বৈরাগ্য- ভক্তিগী গুরু চৈতন্য মহাপ্রভুনা য়েনবিরম্লবা নাম কলি জীবগী লান্ননবগী মশক ওইবা মমল য়াম্লবা প্রেমগী পোৎশক অসিবু ওজা রাজেন্দ্রনা অমুক্কা হন্না পাউথাং চেল্লি। নীংশিংহল্লি :

'হরেরনাম হরেরনাম হরেরনামৈব কেবালম ।
কলৌ নাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গতিরৈন্যথা।।'

অসিগুম্বা নাম মহিমাগী থোইদোকপা থৌদোক ব্রারীবু হৌদোক্তুনা ঐখোয় খ্বায়বু থম্মোয় শূদোকপিবা অদুগা থম্মোয়গী থম্বাল লৈকাদা হরে- কৃষ্ণ' গী নাম ছাপা ময়েক শেংনা নম্বিরে হায়না লৌই। হৌজিক্কী

মতমদা তাঙ্না থোকপা ৱাফমনি। ভক্ত কবি অমগী শক্তম লৌরবা ওজা রাজেন্দ্রদা থাজবা থমজরি। শেংলবা থম্মোয়দগী থোরকপা ৱাফমসিবু তরাম্না লৌখৎচৈ। ভক্তি মখল মাপলগী মনুংদগী অথোইবা শ্রবণ ভক্তি তানবা য়ানবা কীর্ত্তনগী তঙায়ফদবা নীংশিংহল্লে হায়না লৌই। মপু লৈতবগী মপু ওইবিবা গতি লৈতবগী গতি ওইবিবা শ্রীকৃষ্ণগী চরণারবিন্দদা আত্মা সমর্পণ তৌজবা ঙম্নবা কৃষ্ণনাম কাউদবা ভগবান্দা নিজৈ। লোয়ননা ওজা রাজেন্দ্রগী 'কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা' পাবিয়ু, থিজিনবিয়ু অমসুং নৈনবিয়ু, অদুগা নাম কাউদনবা শোল্লসি হায়বা ৱাফম অসি চেৎনা থমজরি। শ্রীগুরুগী কৃপা নিজদুনা ভক্তি প্রণালী ইশাগী ওইনা থিজিনসি হায়বা ৱাখল অসি পূর্ক্লিং হকচাং য়াওনা ফোংদোকচরি। কৃষ্ণার্পণমস্তু:।

হরে কৃষ্ণ।

১০।১২।২০০৭ ইং

দাসানুগতদাস
নন্দকিশোর শর্মা

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী "কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা" হায়বা লাইরিক অসি অইবগী "প্রেমগী মহিমা" হায়বা লাইরিকতা য়াওবা ৱারেং অমনি। ৱারেং অদুদা খরা হাপচিন্দুনা খজিকতং চাউথোকহল্লগা লাইরিক মচা অমা ওইনা পুথোরকপনি। হাপচিল্লিবা শরুক অসি কাশীরামদাসকী মহাভারততগী মণিপুরীদা শ্রীনিংঙোম্বম ইবোবী সিংহনা "মহাভারত শৈরেং" হায়না মিংথোন্দুনা পুথোকপা লাইরিক অদুগী আদি পর্বদা য়াওবা ৱারী অমদা যূম্ফম ওইরগা দ্রামাগী মওংদা ইবনি। অতৈদি "প্রেমগী মহিমা" দা য়াওবা "কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা" হায়বা অদুগী শরুকনি। হাপচিল্লিবা শরুক অসি অইবনা হান্নগীদুদা মপূং ফাখিদবা অদু খরা হেন্না মপূং ফাবা অমা ওইনা পুথোক্কে খনবদগীনি। তৌবগীদি য়াম্না শম্না "প্রেমগী মহিমা" দা য়াওখ্রবনি। অইবনা তোঙান তোঙানবা লাইরিক খরা পারুবদা শ্রীকৃষ্ণগা কৃষ্ণনাম শোল্লবা তুলসী মনাগা অরূম্বা চাংদম্নদুনা খল ওনবা অসি লাইরিক খরদা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত উদ্ধবনা অদুগা খরা অমদনা শ্রীকৃষ্ণগী লৈমা অহল রুক্মিণীনা পাঙথোকপা ওইনা থেংনৈ। খেন্নবা অনী অসি পূন্না লাইরিক অমদা উৎনীংদুনা লাইরিক মচা অসিদা খেন্নবা অনীমক য়াওনা ইবনি। খেন্নবা খজিক লৈরবসু নুংগী ভাবতি ইমান মান্নে। কৃষ্ণনামগী মহিমাদি শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তগীসু হেল্লি হায়বা অসি খেন্নবা ৱারী অনীসিদা চপ মান্ননা য়াওরি। অতোপ্পা অমনা "পারিজাত হরণ" গী মতাংদসু খেন্নবা ৱারী অনী অইবনা থেংনৈ। অমনা শ্রীকৃষ্ণনা সত্যভামাগা লোয়ননা গরুড় তোংদুনা চৎলগা নরকাসুরগা লান থেংনরবা অমসুং নরকাসুর হাৎলবা তুংদা ইন্দ্রবু স্বর্গপুরীগী নিংথৌ খুবম শিন্নরবা অমদি আদিতিগী নাইন পীরম্লবা তুংদা হল্লকপদা পারিজাত পাম্বী থেংনৈ। মখা তারকপদা পরিজাত হরণগী ৱাথোক থোকখি। অতোপ্পা অমদনা নারদ মুনিনা শ্রীকৃষ্ণদা নোংমা পারিজাত পরেং অমা কচ্চখি। শ্রীকৃষ্ণনা লৈরাং পরেং অদু রুক্মিণীদা শিবিখি। পাউসি তাবদা সত্যভামা খাঙঙমখিদে।

শ্রীকৃষ্ণনা সত্যভামাগী থম্মোয় ফানবা হোৎনখি। মদুদগী পরিজাত হরণগী ৱাথোক থোকখি। খেন্নবা থৌদোক অনীমকতা সত্যভামা ইচেন চেন্নে। শ্রীকৃষ্ণগা সনা লুপাগা খল ওনবদসু সত্যভামা ইচেন চেন্নে। মসি খেন্নবা ৱারী অনীমক্তনি। অইবনা খেন্নবা ৱারী অনীমক মাগী লাইরিক অসিদা উৎলি। কৃষ্ণনামগী মহিমাদি অসি ওইরেকো হায়বা তাকই।

লাইরিক অসিদা পরিজাত হরণগী ৱারী য়াওনা শ্রীকৃষ্ণদগী কৃষ্ণনামনা লূম্বা হেল্লি হায়বসিগী ৱারী খরমখৈদি খঙনবা উৎপিরে। অসিগুম্বা লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, ৱাংজিংনা মীয়ামগী খূৎতা পাবীনবা শিন্নজরি।

লমদিং
দিসেম্বর ৫,২০০৭ ইং

এন বীরেন সিংহ
সেক্রেটরী
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, ৱাংজিং

# অইবগী বারোল

"KRISHNA IS NOT A COMMODITY TO BE POSSESSED, EVALUATED AND DISPOSED OF. IF AT ALL HE HAS TO BE EVALUATED, ONLY THE POWER OF HIS OWN NAME UTTERED WITH SELFLESS LOVE COULD BE THE MEASURE."

মথক্কী বারোল অসিনা ঐঙোন্দা করিগুম্বা অমা ফাওহল্লি, করিগুম্বা খরা ইনীংহল্লি। বারোল অসি "অমর চিত্র কথা" মুম্বাইনা ফোঙবা "চিত্র কাথা" গী ৩১৬ শুবা মশীং "THE PARIJATA TREE AND OTHER TALES OF KRISHNA" হায়না মিংথোনবা অদুদা য়াওবা TULABHARA হায়বা অদুগী মনুংদা রুক্মিণীনা হায়বা বারোলনি। সত্যভামানা মঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎশক অমা নারদ মুনিদা দান তৌবা তাখি। পোৎশক অদু শ্রীকৃষ্ণ ওইবা তাখি। শ্রীকৃষ্ণবু নারদ মুনিনা পুবা তারবদা বাজরবী সত্যভামানা পুবীগনু হায়জবদা নারদনা কৃষ্ণগা চাংদম্নবা য়াবা (লূম্বা মান্নবা) মমল য়াম্বা পোৎশক অমা পীরবদি কৃষ্ণগা মহুৎ শিন্নবা য়াগনি হায়খি। সত্যভামানা মাগী সনা- লুপা, লীক- কোল, হিরা মণি মুক্তানা শ্রীকৃষ্ণগা চাংদম্ননবা (লূম্বা মান্ননবা) থৌরাং তৌখি। অদুবু মায় পাকখিদে। নারদনা কৃষ্ণ পুনবা তকশিল্লকপা মতমদা মফমদুদা রুক্মিণী থুংলৈ। করিনো হংবদা সত্যভামাগী পাউখুম তারবদা রুক্মিণীনা মথক্কী বারোল অসি হায়খিবনি। ফালাদগী সনা লুপাশিং লৌথোকহল্লগা তুলসী মনাদা রুক্মিণীনা কৃষ্ণনাম শোল্লগা ফালাদা হাপখি। মদুদা শ্রীকৃষ্ণ খংয়াং য়াংখি, তুলসী মনানা লূম্বা হেনখি। "THIS IS WHAT I SOUGHT, SATYABHAMA. THIS SYMBOL OF DIVINE LOVE AND DEVOTION. I NOW TAKE LEAVE OF YOU হায়রল্লগা তুলসী মনাদু পুদুনা চৎখি। সত্যভামানা রুক্মিণীদা "O SISTER, UNTIL TODAY I WAS PROUD OF ALL MY WEALTH ... PROUD THAT IT COULD BUY ME ANYTHING I WANTED" হায়বগা লোয়ননা "NOW I KNOW BETTER. ALL MY WEALTH IS MERE DUST COMPARED TO THE WEALTH YOU POSSESS ... THE WEALTH OF SELFLESS LOVE" হায়দুনা মচেগী

মফমদা চণ্ডজখি। চিত্র কথা অসিদা য়াওবা ৱারীদু খরা পাকথোক চাউথোকহল্লগা খরা হাপচিন খোৎচিন তৌজরগা দাইলোগ ওইনা ৱারেং মচা অমা ইজে। অদুবু বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী গুরুজনশিং অমদি গুরুভায়শিংবু কিজবদগী মতম খরগী মমাঙদা ইখিবা ৱারেং অসি ফোঙবা ঙমজখিদে।

হান্না তাজবা ৱারী অমসুং লাইরিক খরা পাজবদদি ফালাদা কৃষ্ণনাম শোল্লবা তুলসী পত্র হাপ্লসি রুক্মিণীনা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত উদ্ধবননি। কাশীরামদাসকী মহাভারত, শ্রীনিংঙোম্বম ইবোবী সিংহনা মণিপুরীদা "মহাভারত শৈরেং" হায়না মিংথোন্দুনা ইবা লাইরিকতা ৱারীসি ফজনা য়াওরি। আদি পর্বদনি। অর্জুন্না বন চৎপা মতাং অমদা দ্বারকাদা থুংই, মাবু রৈবত চীংদা তরাম্না ওকই, সুভাদ্রানা হায়জবদগী সত্যভামানা অর্জুনবু সুভদ্রা গর্ন্ধব বিবাহ তৌনবা তকশিল্লি। অহানবদা অর্জুন য়াদে। অর্জুন্না য়ানীংদ্রিবদু দ্রৌপদীগী হিদাক্লা শুম্বদগীনি হায়না সত্যভামানা হায়রকপদা অর্জুন্না লাঞ্জদ্রবী দ্রৌপদীদা তাইনবীবা য়ানীংখিদে, হিদাক্লা শুম্বা ঙম্বীদি সত্যভামা মশামক্লি হায়খি, পারিজাত হরণগী ৱাফম থমখি। জন্মেজয়দা বৈশম্পায়ন মুনিনা পারিজাত হরণ, সত্যভামানা কৃষ্ণ দান তৌবা, সনা লুপানা কৃষ্ণ ফংহৌনবা খল ওনবা, উদ্ধবনা তুলসী মনাদা কৃষ্ণনাম শোনবা কয়াগী ৱারী লীখি। মদুদা যুম্ফম ওইরগা লাইরিক অসি পীজরিবা মিংথোল অসিদা ইজবনি। TULABHARA দা য়াওবা ৱারী অদুদা মপূং ওইনা যুম্ফম ওইদুনা হান্না ইজবা ৱারেং অদুসু মান্নবা মিংথোন্দা ইজবনি। ইশাগী ওইবা মত খরসু হাপচিনজে। লাইরিকসিগী শরুক খরদি ঐগী অতোপ্পা লাইরিক "প্রেমগী মহিমা" অদুদা য়াওখ্রে। "মহাভারত শৈরেং" অমসুং TULABHARA দা যুম্ফম ওইরগা ইজবা পূম্বা পূন্না লাইরিকসিদা হাপচরি। লাইরিক্কী চেখুম অসিসু TULABHARA দগী লৌথোকচবনি, মসিগীদমক "অমর চিত্র কথা" দা চাউরবা লমন অমা তোনশিঙ্গরে। অরান অহুই পূম্বা পাবীরিবশিংনা ঙাকপীনবা নোল্লুকচরি

*খাইগী সেবাদা*

*মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ*

# পারিজাত হরণগী মরমদা খরদং

পারিজাত হরণগী ৱারী "মহাভারত শৈরেং" দা ফজনা য়াওরি। মহাভারত শৈরেংদা য়াওবগা খরা খেন্নবা মওংদা ইবা লাইরিক খরা থেংনজে। DREAMLAND PUBLICATIONS, NAI SARAK, DELHI গী TITLE NO. 94 SHRI KRISHNA LEELA, PART 3 হায়বা PICTURE STORY অমসুং AMAR CHITRA KATHA, MUMBAI গী NO. 316, THE PARIJATA TREE হায়বা চিত্র কথা কোমিক অদুদসু খরা খেন্নবা মওংদা উৎলি। নরকাসুরনা ইন্দ্রপুরীদা লান্দাদুনা ইন্দ্রদেববু মায়থীবা পীরগা আদিতিগী কুণ্ডল, বরুণগী থাকল, লাইশিংগী মণিপর্বত নমদুনা মুল্লগা পুখি। ইন্দ্রদেবনা হায়জবদগী শ্রীকৃষ্ণনা গরুড় তোংদুনা নরকাসুরগা লানথেংনবা চৎলি। খোঙচৎ অদুদা সত্যভামাসু লোয়নৈ। শ্রীকৃষ্ণনা নরকাসুরবু মায়থীবা পী, হাৎলি। আদিতিগী কুণ্ডল, বরুণগী থাকল অমসুং মণি পর্বত(লাইশিংগী মণিগী চীং) মপু মপুদা হন্জিনবীখি। নরকাসুরনা ফাজীন্দুনা থনম্বা শকহেনবী রাজকন্যা লীশিং তরাতরুক্কা চামসু থাদোকপীখি। মখোয়না হায়জবদগী মখোয় পূম্বা তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী লৈমা ওইখি। নুমীৎ খরা স্বর্গদা লৈরম্লগা শ্রীকৃষ্ণ গরুড় তোংদুনা সত্যভামাগা লোয়ননা দ্বারকাদা হল্লকই। মখোয়না হল্লকপদা ইন্দ্রগী নন্দন কানন্দা হৌবা পারিজাত পাম্বী উখি। পারিজাতকী ফজবা অমসুং লৈনম্মা সত্যভামাগী থম্মোয় শুস্নখি। শ্রীকৃষ্ণদা কল্পবৃক্ষ অদু দ্বারকাদা পুনবা হায়জখি। পুবা য়ারোই পারিজাত পাম্বী অসিদি শচীগীনি হায়না লৈ পাম্বীদুবু শঙলিবশিংনা হায়রকপদা সত্যভামানা "পুবা তারে নখোয়না থিংবা ঙম্লা য়েংসি" হায়রকপদা লৈখোঙ শঙবশিংদু শচীগী মনাক্তা চংখিদুনা পাউদমখি। "করিসু লৈত্রবা মর্তগী মীনা স্বর্গগী বৃক্ষ অসি পুগে থৌনাফবা অসি থিংবিয়ু" হায়না ইন্দ্রাণীনা ইন্দ্রদা হায়জখি। কৃষ্ণনদি সত্যভামাদা ইন্দ্র লাক্কুনা মরাইনা পারিজাত পাম্বীদু পীজরনি। নরকাসুরগী

হাক্তকতা মহাক (ইন্দ্র) মখোয়দা লমন তোল্লিবনি হায়খি। অদুবু ইন্দ্রদেবগী মফমদদি অতোপ্পা ওয়-তৈনবা অম্মা ওইরমলে। কৃষ্ণগা ইন্দ্রগা লান-থেংনখি। ইন্দ্র মায়থীবা ফংখি, চেনগে তৌই। কৃষ্ণনা ইন্দ্রদা চেনগনু নহাক্তি স্বর্গগী লৈঙাকপনি স্বর্গ ঙাক্কদবনি হায়খি। ইন্দ্রদেবনা চঙশিল্লক্কুনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা চঙজখি। সত্যভামাদসু চঙজখি। ৱাফম খরা ঙাঙনরবা অমসুং খন্নরবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা পারিজাত পাম্বীদু পুদুনা দ্বারকাদা থুংখি, পারিজাত পাম্বীদু সত্যভামাগী থোঙ্গালদা থাখি।

*অইবা*

# কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা

(অশম্বা ৱারী)

"হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ" কৃষ্ণ নামনি। অঙকপনি কৃষ্ণনামগী মহিমাদি। লূম্বা হেল্লি কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা। পুবদা লূমদ্রবা শোনবদা ৱাদ্রবা নাম অসি শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা শোঞ্জদুনা ভক্ত- বৈষ্ণবশিংনা থম্মোয় শেংনা লৈননবা পান্দমদা মীৎয়েং থমলি। কৃষ্ণদগী কৃষ্ণনামনা লূম্বা হেল্লি হায়বসি মহাভারতকী আদি পর্বগী মতাং অমদগী খঙবা ঙম্মী। পারিজাত হরণ *(হূবা, নমদুনা লৌবা)* অমসুং মসিগী মখা তাবা থৌদোক তারগা পারগা কৃষ্ণনামগী মহিমাদি অসি ওইরেকো হায়বা নীংশিংহল্লি।

মতম 'মদা শ্রীকৃষ্ণ শান্নগেবু হায়দুনা রৈবতগী চীংথক্তা কাখৎখি নুংঙাইনা। মতমদুদা থুংলখি নারদ ঋষি পারিজাত পরেং অমা মাগী বীণাদা পুল্লদুনা। শ্রীকৃষ্ণগী ঙকশমদা লৈরাং পরেং অদু নারদনা হূকচখি। লৈরাং পরেং অদু লৌথোক্লগা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীদা নুংশিনা হূকপীখি । ঙাইহাক ৱারী শানরবা মতুংদা বিদায় লৌদুনা নারদ হনখি। মী খৎনহনবদা নুংঙাইজবা নারদনি, খৎননবা শীনবদা থৱায় লূপচবনি, খৎনবা খামদোকপদসু হৈশিংবা নারদনি। লম্বীদা অসুম লাকপদা মঙন মঙন খনখি। লৈপরেং অদুগী ৱারী সত্যভামাগী মফমদা পাউদম্লবদি সত্রাজিৎকী মমোমদো শোয়দনা খোয়দৌ

থীংকনি খনখি। খংনহনবা তাঙ্গা অমা লৈরে হায়বা ব্রাখলসিদা নারদ সত্যভামাগী নাক্তা চংতুনা মহাক্না ইন্দ্রদেবগী নাক্তা চংপা, ইন্দ্রদেবনা লৈ পীরকপা, শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈপরেং অদু কংচবা, শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ঙকশমদা শিবা, লৈপরেং অদু রুক্মিণীদা হুকপীবা পূম্বা শীং- শীংনা তম্বগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা চানবীবদি রুক্মিণী ওইরমলে, সত্যভামা ওইরমদ্রে হায়দুনা জাং জাংকী ব্রা হায়জীনখি। খোয়দৌ থীংনা শাউরবা সত্যভামা মঙকশমদা শিরিবা লীক্লাং পরেং থদংলে, মণিকুণ্ডল হুন্দোকলে, ফিরোল লংখাইরকলে, শাউবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে, ব্রারৌবা পন্দোন লোমলে। মাগী মতৌ উবদা নারদ হরাওবনা লোইরে, থম্মোয়নুংদা মোমোন নোকলে। শ্রীকৃষ্ণ অমসুং রুক্মিণীগী নাক্তা তহল হল্লক্লে। করিগীনো অমুক হন্না য়াম্না থুনা লাক্লিবদি হংবদা মহাক সত্যভামাগী নাক্তা চংলুই, সুম ব্রারী শানবদা অদুম তৌনি খঙদবনা পারিজাতকী ব্রাবু তম্লুরে, রুক্মিণীদা পীখরে তাবদা সত্যভামা লাইবকতা খুদুম শুনা কপ্পা- ও, লাউবা- ও তৌদুনা ওচ্ছোকপা বিকার অমদা লৈহৌরে। "ঐতা শিজপ্রগে" হায়না লাউ-খোংবদু কনা অমত্তনা খামজিনবা ঙমহৌদে হায়না পাউদমখি। করম তৌনি খনবদা নুংবংনরবা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীদা থেমদুনা লৈপরেং অদু পীথোকপ্রসি, "সত্যভামাগী মতৌদি নহাক্লা খঙলিবদুনি, শাউরিবনি হায়দুনা মথন্তা শিজবা ঙমগদৌবী মীশকনি " হায়জখি। রুক্মিণীনা মদুদা "ঐঙোন্দা নুংশিরিবনি হায়দুনা পীবিবা লৈ পরেং অদু অমদা অমুক পীগে তাকপিবা, ঐগী থম্মোয়বু মৈ চূবীবা অসিদা লাইবক থীবি ঐহাক্লা করি তৌজবা ঙমগনি" হায়না খুল্লকপদা শ্রীকৃষ্ণ নুংবংনখি হায়ফম তৌফম খঙখিদে। নারদদা ওনশিন্দুনা কদায়দা ফংবা লৈরাংনো হংলবা তুংদা অমরাপুরগী নন্দন বন্দা ফংই খঙখি। মফম অদুদা চংলগা ইন্দ্রদেবগী মফমদগী লৈরাং নিরুনবা নারদ থাখি।

শ্রীকৃষ্ণনা মতুং তাবদা সত্যভামাগী নাক্তা চংতুনা অঙন্বী থাক্তা ব্রারৌদনবা থেমখি। থেম্বা য়াবা মরৈত্রবদা মহাক্কীদমক ইন্দ্রদেবগী মফমদে নারদ থাদুনা পারিজাত লৌহনখি হান্নখি। তাঙ্গা অদুদা নারদ থুংলখি। পারিজাত পীরকপদি লায়রদনা শ্রীকৃষ্ণবু ইন্দ্রদেবনা থীনা চৈহৌই তল্লরে।

মথায় প্রোক প্রোক চাক্লা শাউরবা শ্রীকৃষ্ণনা মশামক চৎতুনা পারিজাত পাম্বী কৃকতুনা পুরক্লগা সত্যভামাগী থোঙ্গালদা থাগনি বাশকখি। গরুড় কৌবদা খূদকতা থুংলে। সত্যভামাসু য়াওনা গরুড় তোংদুনা ইন্দ্রনগরদা পারিজাত পাম্বী লৌবা চৎখি। পারিজাত লৌবা লাক্লে তাবদা ইন্দ্রদেব শাউবনা মশা থক থক নীকখি। খূৎতা বজ্র পায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগা থেংনবা লাকই, শচীসু লোয়নরকই। বাহৈগী লান লোইরবা তুংদা খূৎলাইগী লান হৌনরকখি। লান্দা ইন্দ্রদেবগী খূৎলাই পূম্বা শ্রীকৃষ্ণনা ককথখি। মমৈদা ইন্দ্রনা শাউরদুনা মাগী বজ্র লংলকখি। সুদর্শন চক্রনা মতূপ মতূপ ককপা য়াবনি, অদুবু মুনি য়াথং কায়গনি খনবদগী শ্রীকৃষ্ণ খূৎলায়দু শীজিন্নখিদে, মদুগী মহুৎতা খগেশ্বর *(গরুড়)* গী মতু অমা শীজিন্নহনখি। খগেশ্বরনা মচীন্না মতু অমা ফোয়রগা লংলকপদু ইন্দ্রদেবগী বজ্রনা মাঙহল্লবা তুংদা বজ্র অমুক হনখি। অমুকতগী হেনবা য়াদবা বজ্রনি। অসুম্না কৃষ্ণ-ইন্দ্র অনীগী লান উবদা নারদ পাখৎপদা লোইরে। মী খৎনহনবদা হৈশিংবা নুংঙাইজবা নারদনি, খামজীনবদসু হৈশিংবনি। ক্ষীরোদদা চৎতুনা কশ্যপ মুনিগী মফমদা মপারী ইন্দ্রগী লানগী পাউ তমখি। তাবদা কশ্যপ মুনি বাবনা পন্থেংলে। খৎনবা খাম্বা ঙমগদবদি মহেশ্বর *(শিব মহাদেব)* নি খন্দুনা হর স্তুতি তৌখি। মাগী স্তুতিদা পেনবীরদুনা যোগেন্দ্র *(শিব)* না ষঞ্জাও তোংদুনা খগেন্দ্র *(গরুড়)* দা উপেন্দ্র *(কৃষ্ণ)*, গজেন্দ্র *(ঐরাবত)* দা ইন্দ্র তোংদুনা লাম্থেংনরিবা অদুগী ময়ায়দা লেপখি। সদাশিবনা ইন্দ্রদা নহাক্লা শ্রীকৃষ্ণ পানবা নতীক নত্তে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণ কনানো হায়বদু নীংশিংহনখি অদুগা পারিজাতকী মরমদসু শুগায়না তাকখি। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদসু ইন্দ্রবু ঙাকপীনবা থেমজিনখি। শ্রীকৃষ্ণ কনানো নীংশিংলকপগা লোয়ননা ইন্দ্রদেবনা শ্রীকৃষ্ণদা মাগী তাইবঙ লীলা লোইদ্রিফাওবা পারিজাত পাম্বীদু শাগোন্ননা লৈবীয়ু হায়না শিন্নখি। মসিদসু নত্তনা ইন্দ্রদেবনা সত্যভামাগী মতীক মগুণবু শৈথাজদুনা লৈশি লৈথোঞ্জখি। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ইন্দ্রগী লান লোইরবা তুংদা পরিজাত পাম্বীদু দ্বারকাদা পুরকতুনা অদুগুম্বা পুষ্পরাজ অদু সত্যভামাগী থোঙ্গালদা মমল য়াম্লবা রত্ন না লৈবূং থোন্দুনা থাখি। অসুম্না সত্যভামা থোইদোক্লা মথোই কারবী

শ্রীকৃষ্ণগী খাইদগী হেন্না চান্নবী রাণী অমা ওইনা লৈখি।

মাগী থোঙ্গালদা পারিজাত হৌবা, লৈনম্না শরা শন্না শন্দোরকপা, থাজ চামা চামা ঙানবগুম্না ফজবা, মখোঙদা শ্রীকৃষ্ণগা তত্তনা শান্নবা, দ্বারকা পূন্বদা সত্যভামাগী ব্রাতা ঙাঙনরকপা অমদি মাগী মত্তীক মগুণ শক্ল -শোন্নরকপা মতমসিদা নোংমা লাকখি নারদ মুনি সত্যভামাগী নাক্তা অদুগা ব্রতরাজ কৎপগী ব্রাফম থমখি। শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং লৌনবা অমসুং চঙগদবা পোৎলম অমদি তৌগদবা দক্ষিণা অসিনচিংবা কয়াগী মরমসু খঙহনখি। অফবা নুমিৎ য়েংদুনা ব্রত অদু হৌখি, নারদনা পুরোহিত ওইখি, পারিজাতকী মখোঙদা হৃষিকেশ পুন্দুনা থমখি। খূৎতা চেঙ- থোইদিং কুশ পায়দুনা সত্যভামা ফমখি অদুগা কৎখি মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু দানবুদি। "স্বস্তি" হায়না নারদনা খূৎথেংননা লৌখি। শ্রীকৃষ্ণবু পারিজাত মখোঙদগী থোক্লগা শেৎলিবা ফিজোন হোংলগা তপস্বীগী ফিজেৎ শেৎহনখি। দ্বারকাগী মবুংঙোবু নারদনা পুরনি তাবদা দ্বারকাগী নুপী অঙাং হৌখি। শ্রীকৃষ্ণগী ফিজোল উবদা মীপূম খুদিং কপ্লখি। দেবকী রোহিণী ওন্ন-থোইনা কপচৈ, রুক্মিণীনচিংবা লৈমা লীশিং তরাতরুক লৈমায়দা ব্রাম্থ-ব্রাম্থ কপ্লখি। নারদনা গোবিন্দবু পুদুনা চৎলি শ্রীকৃষ্ণবু পুবিখিনু হায়জবদা নারদনা ওক্সিল্লক্লুনা "সত্যভামানা দানতৌবদা থিংদে" হায়দুনা শাউদুম শাউই রুক্মিণীদা। সত্যভামা ফুক হৌগৎলি অঙাওবীগুম। নারদদা লৌনম চাউবা মহাকনি, ব্রতগী ব্রাফম পুশিন্দুনা মবুংঙোবু পুনবা থৌরাংবনি হায়খি। মমৈদা দ্বারকাগী মীয়ামগী অব্রাবদু কোক্লবা শ্রীকৃষ্ণগা লূম্বা মান্নবা *(চাংদম্নবা য়াবা)* মমল য়াম্বা পোৎশক অমা পীরবদি পোৎশক অদু ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী মহুৎতা পুজখিগে হায়রক্লবদা থোইনা হেন্না হরাওজরবী সত্যভামানা মাগী সনা লুপা লীক কোন লোইনা পুথোরকখি। ফালা অমা শেমশাদুনা নাকল অমদা শ্রীকৃষ্ণ, নাকল অমদা সনা লুপা লৈতেংশিং অদু থমদুনা খল ওন্নবদা শ্রীকৃষ্ণগী নাকল অদু শম্না মফৈ অমা ফাওবা মচী লেঙখিদে। লৈমা খুদিংমক্কী সনা লুপা মণিমুক্তা লোইনমক হাপ্লবদসু শ্রীকৃষ্ণগী নাকল মচী লেঙখিদে। সত্যভামানা কপ্পা উবদা নারদনা শাউনা "উপেন্দ্রাণীনি হায়দুনা হায়বশাইনে নচীন্দা, সনা লুপা পুথোক্লুনা নপুরোইবদি কনঙমদা, অঙাংগুম্না করিগীবু কপ্লিবা,

অদুগুম্বী নহাক্লা করি ব্রত তৌরুবা, চৎসি চৎলো হে কৃষ্ণ অমুক পন্থবা তৌরনুসি" হায়জখি। যাদব অমদি যাদবীশিংনা ওন্ন-থোইনা কৃষ্ণ কায়নবা তারে হায়না কপ-লাউনরিঙৈ মতম অসিদা ধর্ম খঙবা উদ্ধবনা মমাঙঙৈদা শ্রীমুখনা মঙোন্দা তাকপিখিবা "কৃষ্ণদগী কৃষ্ণনাম না হকপা হেল্লি" হায়বা ৱাফম অদু খল্লুরগা হাপলিবা সনা লুপা মণিমুক্তা পৃম্বা লোইনা লৌথহনখি অদুগা তুলসী মনা অমা হেক্লুরগা মদুদা ময়েক অনী "হরে কৃষ্ণ" ইদুনা ফালাদা থমখি। খুদকতা শ্রীকৃষ্ণনা ফমলিবা ফালাগী নাকল অদু হাইগৎখি তুলসীগীনা লৃমথখি। হরাওবনা মথোই কারবা মীয়াম্না উদ্ধবনবু জয় ওইরে লাউনখি। নাম পত্র অদু পুদুনা নারদ মুনি চৎখি। কয়াদা মতীক চাউরিবা কৃষ্ণ নামগী মহিমা।

- - - - -

# "কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা"
## (খরা চাউথোকনা দ্রামাগী মওংদা)

## (১)

*(রৈবতগী চীংদোন্নি, অর্জুনগী ব্রাখলদা নুংবংনখিবদগী সুভদ্রা লৈমায়দা তুথখি, সত্যভামা চঙশীল্লকুনা চিংখৎলি, সুভদ্রাগা ব্রারী শাই)*

সত্যভামা- ভদ্রা ! সুভদ্রা ! হোগৎলো কৈদৌরবগে লৈমায়থক্তা তুরিবসিবো ? ঐ ননম্মনে, সত্যভামানে, খ্বাইদি ঙম্না হন্নখ্রে, নথন্তা কমদৌরিবনো ? নুমিৎ তারবনে।

সুভদ্রা- ইনম্মা ! অমুক্তা চিংখৎপিরলাউ, খোঙদা তিংখং য়ুখরে, অমুক্তা হন্দোকপিয়ু, চৎপা ঙমদ্রে, হকচাংসে করিনোমা তৌরে, হুমাং কাংলে স্বর হোনফম খঙদ্রে।

সত্যভামা- *(সুভদ্রাবু চিংখৎতুনা ফমহল্লি)* কদায়দনোনে য়ূরিববু ?

সুভদ্রা- *(মখোঙ য়েংহল্লি)* সে অমুক্তা য়েংবীয়ু।

সত্যভামা- তিংখংসু লৈতে য়ূফমসু লৈতে, কদায়দনোমী ?

সুভদ্রা- *(খোঞ্জেন তপ্লা)* ইনম্মা ! খোঙদা নত্তেয়ে উরোইএ।

সত্যভামা- অদুদি কদায়দা, কদায়দা য়ূরিবা ?

সুভদ্রা- ইনম্মা থম্মোয়দনে।

সত্যভামা- হে হে থম্মোয়দবু করম্বা তিংখং ? থম্মোয়দা য়ূরগা খোঙদা য়েংউ হায়রিবা।

সুভদ্রা- অর্জুনগী মীৎচিগী তেন্না তিংখং ওই থম্মোয়দা থূম্না পানবনে, অদুনা খোঙ থাংবা ঙমদবনে, খাঙঙমদ্রে ইশাসে, থব্রায় অসি থাদৌরে, অদুনা লৈমায়দা তুবনে।

সত্যভামা- ভদ্রা ! মদুবু ঐঙোন্দা হায়নি হায়রিবা লাইমা মথোঙ চাদেহে ইবেম্মা নহাকসে।

সুভদ্রা- ইনম্মা ! ইনম্মাদা হায়দনবু কনাদবু হায়রুনি।

সত্যভামা- কয়াদা ইকায়' খঙদ্রিনোনে সে।

সুভদ্রা- অচুম্বনি ইনম্মা মাগী ব্রাখলদা ইকায় খঙদ্রবীনি ঐহাকসে, ইনম্মদবু করিগীদি ইকায়রুনি।

সত্যভামা- অদুদ করম্না মাগী মীৎচিংগী তেন্না থম্মোয়দা পাম্লিবা ?

সুভদ্রা- সিনেবা ইনম্মা। অর্জুনবু ঙসি রৈবত চীংথক্তা দ্বারকাগী মীয়াম্ন ওকপদা পার্থনা গোবিন্দদা "নুপী মচাসিদি কনানো, মওং মতৌসিদি লুহোংদ্রিবী নুজাবু মাম্লিনে" হায়দুনা ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়রেবা, মদুদা ইবুং ইবুংঙো কৃষ্ণনা "বসুদেবৈ মমোমনি, ঐহাক্কীদি ইচলনি, সুভদ্রাবু কৌবনি, মতীক চাবা বরবু ফংদবৈ লুহোংদ্রিবনি" খুম্বনিবা। ইবুংগী পাউখুম তাবদা অর্জুনদো ইকায়ব্রা খঙদে ব্রা মখা তাদেয়ে। অদুবু ইনম্মা ঐদি মাগী চেংলৌ উবদা পুক্লিংসে লাঙতক্লবনা মহানি। মীয়াম্না হন্নখিবা অদুদা ঐদি ব্রাখলনা নুংবংনখিদুনা হনগনি খঙখিদবনি, খোঙ থাংফম খঙদবনি, অদুম লৈহৌবনিবা। ব্রাখল নুংবংনবনা থম্মোয় লাকহৎখিদুনা লৈমায়দবু তুবনিঅবা।

সত্যভামা- অঙাওবীসিদি, নঙবু খঙদ্রনে অর্জুনসে নুপী লৈরবা নুপানি, পাণ্ডব মচীল- মনাও মঙাগী লোয়নবী দ্রৌপদী লৈরিবনি। অদুম খঞ্জ লাকচরুনু।

সুভদ্রা- অদুবুদি খঙইঅবা ইনম্মা ! অদুবু খঙদে করিনো ঐগী থম্মোয়সে মাগী মায়থোঙ উরুবদা করিনো অমা তৌরেবা।

সত্যভামা- ইবেম্মা ! লৈশাবীনি নহাকসে, লৈশাবী নহাক্লা মীগী নুপা উরগা অদুক লাঙতক্লবকো। নঙমুক ইকায় খঙদবী তৌঙম্বী কনা লৈরমগবা !

*(সুভদ্রা খুম্বা ঙমদে, পিরাং তরং হৌদুনা হীক হীক কপ্পী, মখা তানা সত্যভামানা হায়)*

সত্যভামা- ইবেম্মা ! ইনম্মনা হায়রিসিনি ঃ নহাক লৈশাবীনি, নপাবুংনা বসুদেবনি, বলরাম কৃষ্ণ অনীনা নবুংনি, জগৎনা পূজা তৌনরিবনি, নহাক্কীদমক মতীক চাবা বর থিরিবনি, খ্বাইবু ইকায়বা পীনবা নহাক্লা থৌরাং তৌগনু, নুপা উরগা খাঙঙমদবা চুমদবনি, চংলো ! 'ইকায়' ফংগনি মীনা তাখি' উখি' থোক্লগা।

সুভদ্রা- লাইমা তোম্লি নুপীগী মপোক, মীগীদমক ঐহাক্লা ব্রাজবসে *(কপ্পা)*

সত্যভামা- করিদা অোজিবা নুপীগী মপোক ? নুপীবু শেমদুনা তাইবঙ ঙাকলিবনি, নুপীদগী ব্রহ্মানা সৃষ্টিসে শেমখিবনি, শক্তিগী মশক ওইদুনা মখোয়না খ্বাইবু ঙাক্লিবনি, নুপীগী মিংনা হানবদি মঙ্গলগী মশক্কি, অদুনা হায়নরিবনি লক্ষ্মী নারায়ণ, সীতা রাম, যূম্বানবীদু লৈরগা যূম্বাল্লেবু হায়নরিবনি, তাইবঙ অসি নুপী য়াওদবা য়াদবনি, নুপীদগী তাইবঙ অসি শেম্বনি, নুপী য়াওদনা শাগে চাউবা য়াদবনি।

সুভদ্রা- অদুবুদি চুম্মী ইনম্মা, অদুবু নুপা য়াওদবা পুন্সিদি ...।

সত্যভামা- করি তৌরবা ?

সুভদ্রা- করি হায়নি ইনম্মা, ইনম্মনা হেন্না খঙলিবনি।

সত্যভামা- ফরেনে নহাক্কা "নুপা য়াওদবা পুন্সিদি ..." হায়রবনিনা করি'মত্তা বারনু ইনম্মা শীনগে, ঐ লৈরিসিদি, ঐসে ননম্মনে ননম্মা, সত্যভামানে সত্যভামা, খূদোনবীদা থিল্লু মতীক চাবা অপাম্বদুদা খল্লু।

সুভদ্রা- পাণ্ডবকী অর্জুনদগী হেন্না মতীক চাবা কনাবু লৈরমখিগদগে?

সত্যভামা- হে হে ইবেম্মা ! নহাক্কা অদুক য়ৌনা নীংলবদি ননম্মা লৈরি, পার্থগা নহাক্কা ঙসি অহিংমক উননবা ঐ শীনগে, চৎলো চৎসি হৌজিক্কী ওইনদি।

সুভদ্রা- ইনম্মা ! ইনম্মনা ফনবা অমুক্তা শীনবীয়ু।

*(অসি হায়দুনা সুভদ্রাবু মাঙ থাহন্দুনা মখোয় অনী চৎখি)*

## (২)

*(অহিংগী মতমনি, কৃষ্ণগী নাক্তা সত্যভামা চঙলকই অদুগা ৱারী শাই)*

কৃষ্ণ- সত্রাজিৎকী মমোমও ! চঙলকউ, কৃষ্ণ ঐগী নাক্তা লাকপদি করি হায়নীংবা লৈবগে ?

সত্যভামা- প্রভু ! লাকচরি, তোল্লবী ননাইনা নচল ইবেম্মা সুভদ্রগী ৱাফম অমগীদমক।

কৃষ্ণ- সুভদ্রাগী ? সুভদ্রাগী করি পাউ ? শেংনা তম্মু কৃষ্ণ ঐঙোন দা।

সত্যভামা- ওহোকপা হায়বদুনি নচলদো থৱায় থাগে হায়রেনে।

কৃষ্ণ- করি সত্যভামা, ইচলদুবো ? করিগীদমক থৱায় থাগে হায়রিবা, করিদা কনানা লাকচ খুদুম চল্লবগে নৎত্রগা ইচলগী করি নীংবা থুংদরে, মাগী করি ৱাংপা লৈরবগে ? করিগীদমক থৱায় থাগে হায়রিবা ?

সত্যভামা- নচলগী করিসু ৱাংতেয়ে, সনা লুপা, লীক- কোল, ফি- রোল শুনা লৈ, চানীংবতা চা শেৎনীংবতা শেৎ লৈরিবনি, অদুবুনে মনীং থুংদবা অমদি লৈরি মীনা লাকচ- খুদুম চনগ্রে, মদুনা মরম ওই ঈংবা লৈতে মাগী থম্মোয়, অদুননি থৱায় থাগে হায়রিবা। মসিদনি মানা নীংবা থুংদ্রিবা।

কৃষ্ণ- কনানা লাকচ- খুদুম চল্লবা ? মবুং কৃষ্ণ ঐ লৈরি, দাওজী বলরাম লৈরি, করিগী খঙদে উশিংতবা কনানো, লোইশিনগে মাগী মথৱায়।

সত্যভামা- লোইশিনগদবা নত্তেয়ে মাবু লুনা তৌদৌনে। করিগুম্বা মাগী থৱায় লৌরবা নচলসু অদুম মদোম শিনিয়ে।

কৃষ্ণ- লাকচ- খুদুম চল্লিবা মীদুবু করিগী লুনা তৌদৌবা, মাবু হাৎলগা করিগী ইচলসু শিদৌবা ?

সত্যভামা- লাকচ- খুদুম চনবা নত্তেয়ে, থম্মোয় খুদুম চনবনে, থম্মোয় খুদুম চনখিবদা ঈংথববু য়াদবনে, ঈংথববু য়াদবদা মাগী নীংবা থুংদবনে।

কৃষ্ণ- করিনো ? করি হায়রিবনো সত্যভামা ?

সত্যভামা- করি হায়নবু হঙ্কৎলসিগে প্রভু ! ঙসি রৈবত চীংথক্তা দ্বারকা বাসীশিংনা পার্থ মাবু ওকপদা উরুরমাল্লে নচলদো মহাকপু, উরুবদা মাগী শুক্কৎলবা মায়থোঙ হূম্রমাল্লে নচলগী থম্মোয়, মানা কাপ্পকপা মীৎচিগী তেন্না পাল্লুরমাল্লে নচলগী থম্মোয়দা, থম্মোয় খুদুম চনশ্রে খাঙববুদি ঙমদ্রমাল্লে, ইকায় ইকি হুন্দোক্তুনা ঐঙোন্দবু ঙাংবদা মীৎকৃপ অমা কাগ্দ্রদো, খোয়দারুরমাল্লে নচলনা পাণ্ডব অর্জুন মহাকপু।

কৃষ্ণ- হে হে অদুগী ওইরে, তৌবগীদি খল্লিবনি ঐহাকসু ঃ ঙসি অর্জুন্না লাকপসিদা করি খূদোন পীসিগে। ফরে পীরসি ইচল ইবেম্মা সুভদ্রাসি খূদোন ওইনা মঙোন্দা। ঙসাই উনখ্রবনি মখোয় অনী, ফংখিদ্রবসু খুদোংচাবা ৱারী ৱাতাই শানবগী। লুহোংনবা শীল্লসি মখোয় অনীগী। পোত্থাহল্লু ইচলদু অহিংসিমদি।

সত্যভামা- পনথবা য়ারোইনে ঙসি অসি, পার্থ নত্তনা অহিংসি শিরগনি হায়রিনে। যদু নীংঙোন হৌনবী প্রোক প্রোক হেক চাকপনি, তকশিল্লকপদা গৃ গৃ, তূমফম চাফম খঙদবনি।

ফরে অদুদি ভামা, নহাক্কা থোকপা তৌরো, ফননবা শীল্লো।

সত্যভমা- মচল মবুং মান্নজে, অমনসু ঐবু শীল্লু অমনসু ঐবু শীল্লু খাঙবা হেক ঙমদবনি।

কৃষ্ণ- করিনো সত্যভামা ? মবুং ঐনবু ইচলদা কাঙথোকপা য়াবরনে ৱাফমদু, নখোয় নুপী মশেন্নি, নহাক্কা শীন্দনবু কনানা শীনগনি?

সত্যভামা- ফত্ত- নুংদা থোক্লবনি তাইনবীনুকো সত্যভামা ঐঙোন্দা।

কৃষ্ণ- শাউগনুনে ভামা ! য়ারবনি কৃষ্ণ ঐনা, নহাক্কা শীনবা পূম্বা।

সত্যভামা- ফরে অদুদি পাঙথোকচরগে শিন্নবীবা থৌদাং ঐঙোন্দা।

*(অসি হায়রল্লগা সত্যভামা থোকখিবা)*

(৩)

*(অর্জুনগী তুম্ফম কানি, সত্যভামাগা সুভাদ্রাগা চঙলকই)*

সত্যভামা- *(কন্না কৌই)* অর্জুন ! অর্জুন !
কনা ওইবিরনো অহিংসিদা ?

সত্যভামা- ঐনে, সত্যভামানে, পৌরোন শৎলু অরুবা ঝাফম অমা তান্নগে লাকপনি।

অর্জুন- অহিং খাইবোক চল্লে হয়েং নোংবু ঙাল্লগা দুত অমা থাবীরক্লগা কৌবীরবা য়াদবরা, করিগীদমক্লো ইবেম্মনা থেঙল অহিং অসিদা ?

সত্যভামা- দুতকী থবক নত্তেয়ে, অদুনা ইশামক লাকলিবনি মফমসিদা, নহাক্কী অব্বাবা পাউ তাবদা চাবা থকপা চঙদরে, তূম্বা হীপ্পা য়াদরে, ঙাইঙমদবদগী খৃদক্তা হেক্তা লাক্লবনি।

অর্জুন- করিনো ইবেম্মা ঐহাক্কী অব্বাবা পাউ হায়বদি ?

সত্যভামা- সিনি পার্থ, অতৈ নত্তে করিসু, নুপী অমদা মঙানা করিবু হরাওবা ? কুমজা কয়া নহাক্না বন চৎপা মরমদুগী নত্তবরা ? মসিগীদমক খন্দুনা ঐহাক লাকপনি, নহাক্কী অব্বাবা কোক্ল বনি, নুপী অমদা নুপা মঙানা চৎকদবা নিয়ম ঙাকপদা নহাক কয়া ঝারবা। শকহেনবী মশক- মতৌ ফজবী, চুং- ফিরান চাবী কনাগুম্বী অমবু পীগে খন্দুনা ঝাফম অসি নঙোন্দা কাঙথোক্কে লাকপনি নচেনা।

অর্জুন- করিনো ইবেম্মা ! সিবু মঙলা তাইবঙলা ? ঐবু তূম্বু তূমথদ্রি মঙমক্তি ওইরমলোইনা ?

সত্যভামা- ও ইবুংঙো ! মঙ নত্তে তাইবঙনি, নহাক্কীদমক নচেনা শীনবা পূমলোই লোইরবনে গন্ধর্ব বিবাহ তৌরসে, থেঙথরগা করিসু ওইরোই তোংজবা।

অর্জুন- ঐবু ঙকপদা খম থেংলে করিনো তৌরিবসিবু ?

সত্যভামা- ঙক্কনু ঙক্কনু নচেনা শীনবা খোৎ খোৎপা লোইরপোৎনি, নহাক্কীদমকনি নচেনা শীল্লিবসি।

অর্জুন- করিনোনে "নচে নচে" হায়রিসিবু ?

সত্যভামা- ইবুংঙো ! ওইরবনে ঐসে নঙগী নচে, নচে।

অর্জুন- কনানোদি খঙদনা মদুদা হেক্তা য়াবা তাবা ঐবু অঙাওবরনে?

সত্যভামা- খঙমনদেদা ইবুংঙো "নচে নচে" হায়রমক্তদা, নঙবু ঙাওদে হায়গদ্রা মসিদবু। অদুবু হায়দেনা ঐনা নঙবু ঙাওই হায়না।

অর্জুন- খঙদ্রি উদ্রিবা মহাকপু মরমবুদি থিদনা করম্নবু লুহোংবা ?

সত্যভামা- খঙদ্রিবসু নত্তেয়ে, উদ্রিবসু নত্তেয়ে। নহাক্না খোয়দাজবীদুনে, মমিং মথা মশক- মতৌ নহাক্না খোৎ- খোৎপা খঙথ্রবদুনি।

অর্জুন- কনানোনে হায়রিবা মহাক্তুবো ?

সত্যভামা- হো ইবুংঙো খঙশীন্নদবা তৌরগনু নহাক্না খঙনীংনা হংখিবা মীশক্তুনে।

অর্জুন- থোইদোকপা লৈখিদেনা ঐঙোন্দদি অদুগুম্বা মীশক্তু।

সত্যভামা- হো ইবুংঙো ! ইচেমগী ইবুংঙো ! নচীল থীরনু, হাংদোকউনে থোঙদুদা, পুরকলেনে কন্যাসে য়েংলগবু খঙগনি।
*(অর্জুন থোঙ হাংদোকই )*

সত্যভামা- য়েংউ য়েংউ ! নমীৎ পেন্না য়েংউ, মাঙদা লৈরে কন্যাসে।

*(অর্জুন সুভদ্রাদা য়েংই, শ্বাই লাউই মশাদা, নীংশিংইঃ ঙসাই মানা উখিবা শকফমদু, কৃষ্ণদা হংখিবা ৱাহংদু, কৃষ্ণনা খুম্বা পাউখুমদু, মানা ইকায়দুনা মখা তানা হংবা ঙমখিদবদু। অসি মঙায় সুভদ্রাসু। মহৈ মহৈ মরু লৃকথনখি ইকায়বদগী সত্যভামাগী মাঙদা। মখা তাই সত্যভামানা )*

সত্যভামা- যদু শাগৈদা পোকপীনি, সুভদ্রা কৌবী মহাক্নি, নহাক্না ইবুংঙো কৃষ্ণদা হংখিবা মীশক্তুনি, নহাক্কী মীৎচিগী তেন্না পানবদগী নহাক্কী ৱাখলদা ঙাওজরবী ইচলনি, ঙসি অহিং অসিদা গর্দ্ধব বিবাহ তৌহিন্দ্রবা হয়েং নোংবু ঙাল্লবদি মাগী থৱায় মাঙলগনি, নুপী হাৎপগী পাপ শোয়দনা পুগনি নহাক্না, মাগী থৱায় কনবা কন্দবা লৈরে হৌজিকতি নঙোন্দা, মাগী থৱায় কন্দ্রবা রৈবত চীংদা নহাক্নবু থুংলবা মাবু হাৎকে থৌরাংবরা ?
*(অর্জুন ফুম্বংননা লৈ অদুগা শোম্বাংননা হায়রকই)*

অর্জুন- অদুবু হে যাদবী ! ঐগী ইতীক করিনো ? বলভদ্র জনার্দ্দন যদুই মপু লৈরি, মখোয়গী য়াথং য়াওদবা করম্না থবকসি পাঙথোক্কনি, হে দেবী ! ঐবু ইকায়বা পীবীগে করিগীদমক খনবীরি ?

সত্যভামা- (খোল কল্লগ্না) খঙঙে খঙঙে ইবুংঙো ! অদোমদবু খৈদোক্কনু, দ্রৌপদীবু কি হেক্তা মহায়য়ু। পঞ্চাল নিংথৌ মমোমলোইনা করম্নবু নঙগী থম্মোয় শুমখিবা, করি হিদাক থাদুনা নঙগী নবূক ফাখিবা, কনখ্রবোইদা মাগী হিদাক্কী মগুণসে, ঙম্নু ঙম্মীনে নুপী অমনা নুপা মঙাগী..., লৈতেনে মাগুশ্বী নুপীদি, কিবু কিজে ঐহাকতি খল্লু খল্লুরগা, নহাকতা নত্তে মঙানি মাগী হিদাক্লা শুমলিবসে, মঙামক্লি মিকূপ অমা ফাওবা মাবু খন্দনা লৈথোকপা ঙমদবা, কুমজা কয়া বন চৎলবা ফাওবা দ্রৌপদীবু কিবদৈ থম্মোয় হোংবা ঙমদবা মীয়েং কারন তাদবা নহাকনি।

অর্জুন- (শাউরপ তৌবা মান্না) করিনোনে ইবেম্মা, করিগীদমক চৈবীরি লাঞ্জদ্রবী দ্রৌপদীবু হিদাক থাবা হৈ হায়দুনা, হিদাক থাবা হৈবীদি দ্রৌপদী নত্তে ইবেম্মনি, ইবেম্মগী হিদাকতি তাইবঙদবু ফাওবনি, ইবেম্মগী হিদাক্লা শুমখিবা নৎত্রা জগৎ মপু কৃষ্ণবু ? হিদাক্কীদি মগুণনা হরিনবু কিবনি নহাকপু, লৈম লীশীং তরাতরুক্কা চামা পাটরাণী নিপালগী মনুংদা খ্বাইদগী লুনা তৌবনি নহাকপু শ্রীহরিনা নহাক্কী হিদাক্লা শুমখিবদগী, নমাঙদবু শ্রীকৃষ্ণ য়েংবা ঙমদে অতৈদা মীৎচিনা ফাওবা, চানীংবতা চা থক্লীংবতা থক, শেৎনীংবতা শেৎ তৌনীংবতা তৌ শ্রীহরিবু অপাম্বদা পীহনবা নৎত্রনা, অতৈদা করিগুম্বা'মা পীবদা খাঙ- ঙমদবী নহাক্লি, নহাকুম্বী নুপীদি লৈবু লৈতেনে জগৎতা, হায়য়ু দেবী অসিবু করি নগুণনো নহাক্কী, নহাক্কী শুম্বাৎয়াইনা শুম্বদগী নহাক্লা হায়বদা য়াখিবনি শ্রীহরি, রুক্মিণীদা পীখিবদি শ্রীহরিনা সূপ্নগী পারিজাত পরেং অমত্তনি মদুদা খাঙ- ঙমখিদবনি নহাক, মদুদগী থোকখিবিনি চাউরবা ৱাথোক ঃ পারিজাত হরণ, জগৎ শীন্না শাৎপনি ৱাথোক অদু,

নহাকথক্কী নত্তে হায়গেরা মসিবু, ঙস্থু ঙস্মী নুপী অমনা ব্রাথোক অসি থোকহনবা, পারিজাত ফংলমক্তদা ইন্দ্রদেববু খুরুমহনবা অঙম তানবী নহাকনি, ঙন্নগতা পেঙ্গবীনি, ঐবুসু ঙমগে থৌরাংবরা ? পূন্নমক অসিবু নহাক্কী করি হিদাক্লনো ?

*(অর্জুনগী ব্রা তাবদা নীংশিংই সত্যভামা খুদকতা অদুঙৈ পারিজাত হরণগী ব্রাথাক অমদি কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা হেনবগী থৌদোক)*

(৪)

*(দ্বারকাগী লম্বীনি, নারদ মুনি চৎলি নারায়ণ নারায়ণ শোল্লদুনা, খল্লি মবৃক্তা মঙন মঙন অদুগা শোল্লি মচীন্দা মুরুম মুরুম)*

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ ! য়াম্না নুংঙাইরবা নুমিৎনি ঙসি অসি ঐহাক্কী। ঐহাক্না ইন্দ্ররাজদগী ফংলকপা পারিজাত পরেং অমা বীণাদা পুল্লদুনা বীণা খোংল- খোংলদুনা হরিগুণবু শকচরগা দ্বারকাদা লাকচবনি। লম্বীদা রৈবতকী চীংদা কাখৎলুই। মফমদুদা শ্রীহরি শান্নরম্মী নুংঙাইনা রুক্মিণীগা লোয়ননা। গোবিন্দগী ঙকশমদা ফংঙমদ্রবা লৈরাং মাবু হূকচবনিদো, মদুদা পেনবীখিবনি শ্রীহরিনা। লৈরাং পরেং অদুবু হূকতোক্লগা হূকপিবনি নুংশিনা রুক্মিণীদা শ্রীহরিগী মখূৎমক্লা। মালেম শুম্মাৎঙম্বীনি রুক্মিণী ইবেম্মদি। লৈরাং মানা লৈতেংবদুদদি ইবেম্মগী শক্তুদি সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবা হায়দুমক্নি, কয়াদি ফজখ্রে। ইবেম্মনা হরাওজবদো করিগা প্রমাণ তৌরুনি। ফজবা লৈরাং ফংজবগী হরাওজবনে, মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবীদুনা মখূৎমক্লা মঙকশমদা হূকপীবদা নুংঙাইজবনে অনী পূন্না ফংজবদা ইবেম্মনা মায়থোঙ মকা লামজবদো মমাঙদা অমুক্তা উখিদ্রি। হুম ঐহাক স্বর্গপূরীদা হনবা য়াদ্রি। ব্রাফম অসি সত্যভামাদসু তম্মুদবা য়াদ্রি। দ্বারকা য়ৌদুনা সত্যভামাগী মরানয়াইদা চঙলুদবা য়াদে। ব্রাফম অসি মঙোন্দবু তম্লুরবা

লাইমা খোয়দৌ থীংকনি খম্বনচাউবী মহাকতো। ব্রারৌচাউবী মহাক্নি। শোয়দনা ব্রারৌগনি পাউসি তাবদা। ওইনচাউবী মহাকনি, শোয়দনা ওইনগনি শ্রীকৃষ্ণদা। শোয়দনা ওইগনি য়েংবদা নুংঙাইরবা কুমহে অমা। য়েংদবা য়াদে কুমহে অসি। থোকহন্দবা য়াদে থৌদোক অসি। অদুনা চৎলুখিগে সত্যভামাগী নাক্তা অদুগা তম্নুগে ব্রাফম অসি ইবেম্মগী নাপদা। হায়জীল্লুগে জাৎ জাৎকী ব্রা। মদুদা মহাক্না শাউবদো মীৎ পেন্না য়েংখিগে। অমগা অমগা খৎনহল্লগা চাউরবা ব্রাথোক ওইহনগে। নারায়ণ ! নারায়ণ !

## (৫)

*(সত্যভামাগী মরানয়াইনি, মহাক মায়থোঙ মকা লাম্না ফমলি। হরিগুণবু শক্লুনা নারদ চঙলকই)*

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ !

সত্যভামা- খুরুমজরি হে দেবর্ষি ! য়াম্না নুংঙাইজরে মুনিদেব লেঙবীরকপা, কদোমদগী লেঙবীরকপনো, ননাই সত্যভামাগীদা লাকপিবা করি পাউবু লৈবগে ?

নারদ- ওম্থোকপা হায়বদুনি ইবেম্মা ঙসিসে। ইচীনসিনা করম্নবু কাওথোকসিগে নফমদা, ইবেম্মগী খনবদা নুংঙাইমন্দ্রদুনা লাক্লবনি। তমগে পাউসি ইবেম্মদা মরীক চূম্না অমত্তা চিখদনা। চৎলুই ঐহাক ইন্দ্রদেবগী মফমদা। লৈরাং পারিজাত কৎতুনা পূজা তৌই ঐহাকপু। নিংথীখ্রবা লৈরাংনি, ফংঙমদবনি মীওইবনা। শীনবীবনি ইন্দ্রনা নুংশিবীদুনা ঐহাকপু, ঐগী ইগুণ খঙবীবদগী। লৈরাং মাবু সিজবা ইতীক নত্তে ঐহাক্কী। লৈরাং অদু ফংজবদা খঞ্জে মওন মওন। ইন্দ্রদেবদগী বিদায়বুদি লৌরগা হল্লকপনি ঐহাকসে। কনাদবু শীরগা মতীক চাগদগে খঞ্জবদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা কৎচগেবু খঞ্জখি। ব্রাখলসিগা লোয়ননা লাকখিবনি দ্বারকাদা। তাবদা ইবুংঙোদো শান্নরি হায়বা রৈবত

চীংথক্তা কাখৎচরুই মদুদা। অদুগা কৎচৈ লৈরাং অদু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা। লৈরাংদুবু উবদা থোইদোক্লা হরাওজে শ্রীগোবিন্দ। মথ্বায়না তাজবা লৈরাংদো হূকপিবনি নুংশিনা মখূৎমক্লা মথ্বায়না তাজবা রুক্মিণীদা। লৈরাং পরেং ঘোনবদা ভীষ্মক্কী মমোমলোইদুনা ফজবদুদি করিদবু হংলুনি, করিগবু প্রামাণ তৌগনি। লাইমা ফজে ইবেন্মদো, য়েংবগী পেনবা নাইদে হায়বদুমক্লি। মরোল অহুমগী নুপী কনা অমত্তনা মাগা পাবা য়াগনি থাজদে। ফরে সিনা সি ওইখ্রসনু, ইবেন্মা রুক্মিণীনা ফজবগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না ফজবগী ৱানিদো। সি নত্তবা লুরবা ৱাফম অমা লৈরিনে। নহালমখৈ ঐনা খল্লুবা ৱাফম অমদি অরানবা ওইরমলে। ঐহাক্লা খঞ্জরুই ইবুংঙোনা খ্বাইদগী হেন্না চানবীবদি ইবেন্মা সত্যভামা নহাক্লি। ঐহাক্কী ইমাঙমক্তনি, ইমীৎসিনা তশেংনা উজহৌবনি ইবুংঙোগী মখূৎমক্লা লৈরাং পরেং হূকপিবদো। হায়দোকপদা ইকায়জৈ ইবেন্মগী মাঙদা, ৱারৌবিরোই ইবেন্মনা ব্যবহার কায় হায়দুনা, নীংশিংলকই অদুঙৈ ইবুংঙোগা রুক্মিণীগা লুহোংবদু। ৱাফম অসি ইবেন্মদা খঙহঞ্জনীবদগী তম্নীংমনখ্রদুনা স্বর্গপুরীদা খূদক্তা হনবগী মহুৎতা দ্বারকাদা লাক্লুনা নরানয়াইদা চঙলকপনি।

সত্যভামা- *(য়াম্না শাউনা)* হে দেব ঋষি ! অশেংবনিকো নহাক্কী পাউসে

নারদ- ইবেন্মদবু ওইদবা পাউ তম্বগী ঐগী ইতীক করি লৈ ?

সত্যভামা- *(ফী ফী কাম্না)* হে হে ঐবু মীরায়বীরগা ইচে রুক্মিণীবু হেন্না চানবা, তাৎ ওইরে নহালমখৈ ঐবু খ্বাইদগী হেন্না চানবীনি তৌরমলিবসিদি, লোইরে ঐ লোইরে, ফোয়দৎকে লংথোককে ঙক্তা শিবা লীক্লাংসে, শেগায়গে হন্দোক্কে হকচাংগী ফিরোলসে, লৈরাং পরেং থদৎকে, মণি কুণ্ডল লংখায়গে। তস সিনা পেল্লে, শিজখ্রগে ঐদা হৌজিকতি। *(অসি হায়দুনা পোৎ-চৈ লংখায়বা)*

সখীশিং- ঙাইখো ইবন্মা তপথবীয়ু, ইবেন্মনা শাউরবদি মাঙবা তারে জগৎসি, সনা লুপা লীককোল ফিরোলদা তাইনফদে।

হৌনদে পারিজাত লৈরাং অদুগীদমক অসি য়ৌনা শাউবা।

সত্যভামা- খাম্বীরনু, ঐবু অমুক খাম্বীরনু। কান্নদ্রে হিংদুনা লৈবা মপোক অসি। অসুক তোন্না হিংদৌ শরুক শিখিবনা শরুক চামা হেন্না ফৈ। ও ! ঐবু সি য়ৌনা মীরায়বীবকো ?

সখীশিং- করিগীনো ইবেম্মা উফূলদা থরো থরো ওনববো ? নশা অসি উফূলনা পুমবাউ বাউরেনে নশম ননা ইফা ফারে। ইবুংঙোনে শ্রীকৃষ্ণসে জগৎকী। মঙোন্দবু হায়বদা অমত্তা নত্তনা ময়াম অমা পীবীনি।

সত্যভামা- পারিজাতকী বা ঙাকসু নত্তে, ঐনা প্রোক প্রোক চাক্লিবসে ঐবু মীরায়বীবসিসুনে।

*(অসি হায়দুনা মখূৎ অনীনা লৈবাক্তা পোপ পোপ থাই, লেপ্পা লৈতে উফূলদা থরো থরো ওনবা, কপ্পা- ও লাউব- ও লেপ্পা লৈতে পোংচৈ লংখায়বা। মতৌ অসি উবদা নুংঙাইবদা লোইরে নারদ, মোমোন নোকচৈ থনুংদা হরাওজৈ মসিদা থোকহনগে থৌরাংজবনি মসিমক। অদুবু হায় চীন্দদি সখীসিংদা)*

নারদ- হে সখীশিং ! থেমজীল্লু নবেম্মসে ! মবূক ফাথৌ মহাক্কী।
*(সত্যভামাদা ওনশীল্লগা)*

নারদ- হে দেবী ! ঙাকপিগনি, ঐহাক লাকচবা নত্তে নহাকপু শাউহন্নবা, চুম্না পাউ পীবা লাকচবনি, বারৌবীগনু ঐহাকপু।
*(সখীশিংদা অমুক ওনশীল্লগা)*

নারদ- হে সখীশিং ! শাউফম থোকতেকো ঐঙোন্দা। পাউ অসি পীরম্বনা ফগদ্রা খনবদগী লাকপনি। মসি থোক্লমগনি খঙলম্লবদি লাকলমদবনা ফরমগদবনি। ফরে হৌখিবনা হৌগ্রে,থেমজিল্লু নখোয় ময়াম চঙনা। ঐদি কুইনা লৈথোকপা য়াদে মফমসিদা, বিদায় !
*(অসি হায়রল্লগা চংখিবা)*

*(রৈবতকী চীংদোম্নি শ্রীকৃষ্ণ রুক্মিণীগা লৈমীম্নরি, নারদ মুনি চঙলকই)*

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ !

কৃষ্ণ- হে দেব ঋষি ! করিগীনো অসুক থুনা অমুক লাকপদি। তম্মু ৱারোল পূম্বা চিংখদনা।

নারদ- হে মধুসূদন ! তাবীয়ু তমজগে ৱারোল পূম্বা

কৃষ্ণ- তম্বীরো তানীংবনা খৌরাংলে।

নারদ- ঙাকপিগনি ননাইবু, য়ৌজরুই ঐহাক হৌজিক দ্বারকাদা, চঙজরুই সত্যভামাগী মরানয়াইদা, লাকলিঙৈসিদা চঙজরুবনি চুম্না মাবু উননীংদুনা।

কৃষ্ণ- অদুদা করি তৌরবা ?

নারদ- শাজবনি চুম্নগী ৱারী, লাকথোকতনা লাকপনিনা। মথং মথং অসুম ৱারী শারুবদা সূমথোক্কনি খঙদবনা পারিজাতকী ৱাবু তম্লুইনে। করিগীনো মর্তদা কুম্লকপা হংলকপদা খুমদবা য়াদবৈ হৌদোক্লুবনি পারিজাতকী ৱাফম পাউখুম ওইনা।

কৃষ্ণ- পারিজাতকী ৱাদা করি তৌরবা ?

নারদ- পারিজাততো রুক্মিণীদা পীখ্রে তাবদা সত্যভামাদো ওইখ্রে ওন্থোকপা বিকার অমা। লৈমায়দবু ৱান্থবনি, থরো থরো ওনবনি, অশাউবগা লোয়ননা মাঙলে হায়দুনা নোংখোংগুম কপ্পনি। ফিজেৎ লৈতেং, লীক- কোল মতৎ মতৎ থৎপনি, লাইবক খূদুম শুদুনা ও খোংনা কপ্পনি। মশম মনা ইফা ফা লৈবাক্তা মখূৎ অনীনা পোপ পোপ থাবনি, ময়াম চঙদুনা থেম্নবা হোৎনজে, থেম্ববুদি ময়াদে, কনাই ৱাবু তাদেদো। শিজগ্নগে হায়দুনা লাউদুনতা মরেদো। মতৌদুবু য়েংবা ঙমদবৈ তমজনীংবনা পাউ অসি তহন হঞ্জরকপনি ঙাকপিগনি ননাইবু।

কৃষ্ণ- ওহ্নোকপনিদা, তৌরম্মগনিনে সত্যভামাদু মাগী হৌনবী। *(রুক্মিণীদা ওনশিন্দুনা)* ইবেম্মা বৈদর্ভি ভীষ্মকীদি মমোম-ও! কাম্নদ্রবা পরিজাততুগী ঋারৌরিবনি সত্যভামা, কল্লু নহাক্লা অমুক্তা, সত্যভামাগী মতৌদি খঙলিবদুনি নহাক্লা, শাউরিবনি হায়দুনা মদোম শিজবা ঙমগদৌবী মহাক্নি, নহাক্লা নুংশিবীদুনা পীসি লৈরাং অদু মঙোন্দা।

রুক্মিণী- প্রভু ! নুংশিদুনা পীবীবনি লৈরাং অদু ঐঙোন্দা নখূৎমক্লা। ঐঙোন্দা পীবীবা লৈরাংবু অমদা অমুক পীগে তাকপিবা, ঐঙোন্দনা থম্মোয় মৈবু চূবীবা করি তৌজবা ঙমগনি লাইবক থীবী ঐহাক্লা।

কৃষ্ণ- *(ঙাইহাক নুংবংননা লৈরগা নারদদা ওনশীন্দুনা)* হে দেব ঋষি কদায়দা ফংবনো লৈরাং অসি ? শেংনা হায়বীয়ুনে ঐঙোন্দা।

নারদ- প্রভু ! পারিজাত লৈরাং অসিদি ফংবনি অমরাপুরদা, হৌবনি নন্দন কানন্দা, ঙাকশেনবনি লৈরাং পাম্বী অসি ইন্দ্রগী মনাইশিংনা। থাবীয়ু ননাইবু, চৎচগে মফমদুদা নিরুনবা ইন্দ্রগী মফমদে। প্রভুগী মিংলেন তাবদা পীরক্কনি শোয়দনা লৈরাং অসি।

কৃষ্ণ- চৎলো অদুদি হে মুনি খুদক্তা, ঐগী মিংবু পন্দুনা নিরু লৈরাং অদুবু। সমুদ্র নৈবদা ফংবনি লৈরাং পাম্বী অদু। মদুদা য়াওরিবনি ঐগীসু শরুক। অহানবদা থেম্মু নিংথীনা পীরক্কবা। করিগুম্বা পীরকত্রবা তম্মরাও ঋারোল পূম্বা মচা তানা পীদবগী মরম।

নারদ- ফগনি প্রভু, চৎচরে পারিজাত লৌবা। নারায়ণ ! নারায়ণ !

*(সত্যভামাগী মরানয়াইনি, লৈমায়থক্তা ওল্লি থরো থরো সত্যভামা, শ্রীকৃষ্ণ চণ্ডলকলি, শ্রীকৃষ্ণনা থেমলি সত্যভামানা ওইনরি)*

কৃষ্ণঃ- ভামা ! করি মতৌনো নহাক্লা লৈমায়দা তুরিসিদি । নশম ননা পুন্দরে, নশা পূম্বা উফুন্না পূমবাউ বাউরে। করিগী কপল্লি হীক্লা হীক্লা ? করি নীংবা থুংদরে ?

সত্যভামাঃ- করিগীনো প্রভু মীচঙ মীখায় নাইবিবদি ? করিগী ঐবু লৌনম তৌবিবা ?

কৃষ্ণঃ- হায়য়ু ভামা ! করিনো ভাব তাবা ঙমদ্রে।

সত্যভামাঃ- চীনবানথোঙদা লাংবন খোইহী তৈবা পূক্লুংদনা হূফুম্বা, হৌজিকতা খঙজরে নহাক অসি কয়াদা লৌনম্বা ! দেবঋষি নারদনা পীবিরম্বা পারিজাত পরেং ঐহাকপুদি কাউথোকপিরগা ইচেম রুক্মিণীদবু নখূৎমক্লা হূকপিবা। কনানবু খাঙঙমনি অসুম্না ইকায়বা পীবদা। ইকায়বা খাঙনা হিংদৌ শরুক থবায় থাগে নমাঙদা, লৈবিহৌরো নুংঙাইনা ইচেম রুক্মিণীগী নাকতা। রুক্মিণীগী মবুংঙোনে নহাকসে।

কৃষ্ণঃ- ভামা অমুক্তা তপথখো, ঐগী বাসু মতাখো। ঐনা নচে রুক্মিণীদা পরিজাত পরেং হূকলুবগী বা ওইরেকো ! নঙনা করিদা বাংতে নচেনা করিদা হেন্দে। ফর- ফৎত্রবসু নচেনি। অহন্নি হায়দুনা মঙোন্দা হান্না পীবনি। মীনা নহাকপু লৈরাং পারিজাত পরেং অমগী বারৌগনবী হায়নখিনি। মদুদা নহাকপু ইকায়দ্রনে। নচেগী মবুক ঈংনবা মোইথেম তৌদুনা ঐহাক্লা পরেং অমত্তং হান্না মঙোন্দা পীবনি। নঙোন্দা ঐনা পীগে খল্লিবদি লৈরাং পাম্বী ফাওবনি। অমরাপুরদা হৌরিবা লৈরাং পারিজাত পাম্বীদো ফূকলগা নহাক্কী থোঙ্গান্দা থাবিগে। দ্বারকাদা লৈবা মীশিংনা সত্যভামাগী পারিজাতনা দ্বারকা পূম্বা পূক্লিং শুমহৎলে হায়না পূমনিন নিন্না ঙাঙনবদু ভামা

নঙবু পামদবরা। করিগীনো অদুক খাঙওমদবা, করিগীনো অদুক ঙাইওমদবা ? নহাক্কী চোপ্পনবা, ইকায়নবা, মাঙনবা কৃষ্ণ ঐনা খক শীনগে খন্দে। শোয়দনা থাবিগনি নহাক্কীদমকতি লৈরাং পাম্বী ওইনা। অদুনা শাউবা তোকখো চান্নবী।

সত্যভামা- *(হরাও মোমোন নোক্লা)* প্রভু ! খারৌবীগনু ননাইনা ওইনজবা, ওইনজফমনি হায়দুনা ওইনজবনি। শোয়দনবা শীনবীয়ু প্রভুনা।

কৃষ্ণ- থাজদবা তৌগনু, ইন্দ্ররাজদগী লৈরাং পরিজাৎ লৌবা চৎপদা পীরক্লবদি ফৈ, পীরকত্রবদি পাম্বী ওইনা ফূক্লুগনি অদুগা শোয়দনা থাবীগনি নহাক্কী থোঙ্গালদা।

সত্যভামা- পীরকতবনবু ফগনি, পীরক্লবনি করিগুম্বা লৈরাং খরতনি, পীরকত্রবদি ফূকপা তাবনি লৈরাং পাম্বী অদু। থৌরাং তৌবীরো পারিজাত লৌরুনবা।

কৃষ্ণ- তপথখোনে ভামা, তফিং তফিংগনু। নহাক্কীদমক পারিজাত ফূকলকউ হায়না হান্ননা দেবঋষি নারদ থাগ্রবনি। মহাক লাকপা ঙাইখিসি। কাউরবরনে নহাকপু নরকাসুরগী লান? নারকাসুরবু হাৎলবা তুংদা ইন্দ্রনা অমরাপুরদা অমুক হঞ্জিনবা ঙমখিবনি। ইমা অদিতিগী নাইন, বরুণগী থাকল ঐখোয় অনীনা কনবীখিবা নংত্রা ? পুম্নমকতুগী মমল ঐখোয়না করি লৌগ্রবগে ? ইন্দ্রারাজ মশানা খঙনা তৌবিমন খঙবা উৎচরক্কনি। হয়েং ইনুং ঙাম্লগা খঙগনি শোয়দনা পারিজাত পীরকই পীরকতে হায়বা।

সত্যভামা- নুংঙাইজরে প্রভু ! পোখাবীরো অহিংসি নুংঙাইনা, হয়েংগী ইনুং ঙানবা ঙাইরসি।

*(অমুক্তি, সত্যভামাগী সঙ্গায়নি, সত্যভামা কৃষ্ণগা ৱারী শারি, নারদ লাকপা ঙাইরি। মতমদুদা নারদদি স্বর্গদগী হল্লকপা লম্বীদা মুরুম মুরুম শোল্লি)*

নারদ- নুংঙাইদৌরি কুমহৈসি, য়েংবদা পেনবা নাইরোইদৌরি, মায় পাক্কদৌরে নারদ ঐনা শীনবা, থোক্কদৌরি লাঞ্জাও অমা, ওনগদৌরে মৈরীকপীদগী মৈজাওবী, য়েংগেদো লাঞ্জাওসি ইমীৎসি পেন্না, মসিতবু থোক্লবা নারদ ঐনা শীঞ্জবা মহয় চারনি শোয়দনা।

সত্যভামা - প্রভু ! আদা লাক্লে নারদ মুনি।

কৃষ্ণ- খঙলগনি ঙসিদি অশেংবা, লাক্লবনিনা নারদ, ৱারুরগনু চান্নবী।

*(নারদ চঙলকই)*

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ ! প্রভু খুরুমজরি।

কৃষ্ণ- হে ঋষিবর ! তম্মু তাসি ইন্দ্রদেবনা পারিজাত পীরক্লবরা নৎত্রগা ঐখোয়বু লৌবা লাকউ হায়রকপ্রা ?

নারদ- নারায়ণ !, নারায়ণ ! হে প্রভু করম্লবু পাউদমলসিগে ননাইনা ! পরিজাত পীরকপদি লায়রদনা প্রভুবু থীনা হায়হৌইদা- হে গোপ মচা ষণশেনবা, ইকায়খঙদবা, লাইমক্লা ফংঙমদ্রবা পরিজাতনি খঙদবরা, কংস কীবদগী গোকুলদা থৈবা, গোকুলদগী বৃন্দাবন্দা খুলহোংবা, ননি মাখল হূরানবা, মখোঙ মখূৎ পুন্দুনা রাণী যশোদানা ৱারকপা , ষণ, সগোল, লিল, উরোক খরা হাৎলগা নাপল কাবা, জরাসন্ধ কিবদৈ সমুদ্রগী ইথৎতা লোৎপা মাগুস্বনসু পারিজাত পাম্বা সাইনে, হে নারদ নহাকসে দূত ওইবগী ফবনি, চৎলো ইনাকতা লৈরগনু" অসি হায়দুনা ঐবুসু তানথোরকপনি, ইন্দ্রদেববু

মতীকচাবা পায়া অমত্তং তমবিয়ুনে প্রভু।

কৃষ্ণ- (শাউনা) হে ইন্দ্রদেব ! ঙসিদি থুদেক্লগে নহাক্কী নাপল। করিগী খঙদে মমাঙঙেগী থৌদোক। নঙোন্দা পূজা কৎতে হায়বগীদমক্তা নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা নহাক্লা গোকুলবু লাক্ল গনি হায়দুনা নোং লেপ্তুনা চুহনবদা করিসু তৌবা ঙমখিদবা, বজ্র পায়রে অসিরা, নহাক্লা নাপল তৌরিবা. নঙগী বজ্রনা কৈদৌনি, নঙগী ঐরাবতনা কৈদৌনি ? নন্দন বন চাইখায়গে পারিজাত পাম্বী নমদুনা ফূক্কে। নবুংঙো ঐননি নহাকপু কনবিখিবা, নরকারসুরনা ইমা অদিতিগী কুণ্ডল মুনখিবদা লৌহৌবা ঙম্লা ? স্বর্গপূম্বা লুটপাট তৌদুনা ছারখার শাহনবদা ঙাকচবা ঙম্লা নহাক্লা ? পরিজাত লৈরাং অথোইবা নহাক্কীদা নত্তে, সমুদ্র নৈবদে ফংলকপনি, মদুদা ঐখোয়গী সরুক য়াওরিবনি। কান্নদে অরেম্বদা মতম মাঙহনবা, গরুড় তোংদুনা চৎলগে অমরাপুর তম্না।

*(শ্রীকৃষ্ণনা গরুড় নীংশিংই অদুগা কৌই গরুড়বু)*

কৃষ্ণ- খগরাজ ! খগরাজ !

গরুড়- প্রভু ! ননাই গরুড় য়ৌজরকলে, করি তাকপিগদবা ?

কৃষ্ণ- নুংঙাইরে গরুড় নহাক থুংলবা। চৎসি হৌজিক ইন্দ্রনগরদা, লৌরুসি পীরিজাত পাম্বী ফূক্তুনা। নিরুবদা পীরকত্রে ইন্দ্রনা।

গরুড়- প্রভুনা করিগীবুদি লেঙগনি, চৎলু হায়না নয়াথংদা পীনবীয়ু ননাই লৈরি খূদক্তা চৎচগে। ফূকচরুগে নন্দন বনদগী পারিজাত পাম্বী, থীল্লোই পুজরক্কে মিকূপ খরগী মনুংদা।

কৃষ্ণ- খঙই খগরাজ, ঙমগনি হায়বা নহাক্লা, অদুবু খঙহন্নীংই ইন্দ্রদু ঐগী ইতীক। তম্বীগে মঙোন্দা পারা অমা। ফাদ্রি মহাক ফাফম থোকপা পারা অমা।

গরুড়- ফরে প্রভু শাপোৎ- লানপোৎ থৌরাং তৌবীরো।

কৃষ্ণ- লোইরবনি থৌরাং।

গরুড়- লেঙখৎপীরো ননাইগী 'থক্তা য়ৌজগে খূদক্তা।

কৃষ্ণ- তারিবরা কামদেব, সাত্যকি অনীমক! চৎসি নখোয় অনীসু য়েংউ নখোয় ইন্দ্রগা ঐগা লাম্বা পানবা।

কামদেব,সত্যকি- থৌরাং তৌজরে ঐখোয় অনীমক।

সত্যভামা- প্রভু ! পুবীয়ু ঐহাকপুসু খোঙচৎ অসিদা ইন্দ্রপুরী য়েংনীংই, ইন্দ্রানীদো খঙনীংই। ইন্দ্রগা লাম্বা পানবদু য়েংজনীংই ইমীৎসি পেন্না।

কৃষ্ণ- অদুদি তোংখৎলো নহাকসু খগরাজ 'থক্তা।

*(খৃদক্তা য়ৌই ইন্দ্রলোক, চঙই নন্দন কানন মনুংদা)*

(৯)

*(ইন্দ্রলোকনি। থেংনবনি মফম অসিদা কৃষ্ণ-ইন্দ্রে লান, থ্রাতেম্নবনি লান মফমসিদা)*

কৃষ্ণ- সত্যকি ! ফূক্লুরো লৈরাং পাম্বী অসি।

সত্যকি- ফগনি প্রভু, পাঙথোকচগে নয়াথং

*(অদুগা লাউই খোঞ্জেন হৌনা)*

লৈখোঙ শঙবা কনা কনানো ? নথ্বায় মাঙনীংদ্রবদি খৎনগুমসি, হরাও হরাও য়াও ঐনা পারিজাত পাম্বী ফূকপসি। চৎলু তম্লু ইন্দ্রগী মফমদা ঃ পারিজাত মপাল মরা ফূকখরে হায়না।

*(লৈখোঙ শঙবশিং চেনখি, অদুগা হায়রুই ইন্দ্রদেবদা)*

লৈখোঙ শঙবশিং- তাবিসি দেবরাজ ! ঙাকপিগনি ঐখোয়বু।

ইন্দ্র- করি তৌরে লৈখোঙ শঙবশিং ? লৈখোঙ শঙগেদি হায়দনা করিগী চেল্লকলিবা ?

লৈখোঙ শঙবশিং- গরুড় তোংদুনা লাকই নুপা অহুম, লোয়নরকই নুপী অমসু। পারিজাত পাম্বী মপাল মরা ফূকখরে, লেঙবীরো থুনমক, পানবীরো লাম্বা মখোয়গা। পান্নবা ঙমদ্রে ঐখোয়না।

ইন্দ্র- ওইরমগনি শোয়দনা কৃষ্ণ। ফৈ ফৈ লাম্বা পানগে মহাক্তা। ঐরাবত তোংদুনা শোক্লগে লান।

শচীরাণী- চৎচগে ননাই শচীসু য়েংজনীংই করম্না লাম্বা পানবগে হায়বদু।

ইন্দ্র- ফরে চৎসি অদুদি, অদুগা তাৱবরা নুংশিরবা মরূপ জয়দেব! ইপারীদি ইবুংঙো জয়ন্ত ! চৎসি নখোয় অনীসু হুন্দক্কী লানফম অসিদা।

*(অসি হায়দুনা য়ৌরকই মখোয় কৃষ্ণনা লৈবা মফমদুদা অদুগা লান থেংনৈ মখোয় তরুক : কৃষ্ণগা ইন্দ্রগা, সাত্যকিগা জয়দেবগা, কামদেবগা জয়ন্তগা। শোক্লে লান গরুড়গা ঐরাবতকসু, চীন্দা- পাউদানৈ সত্যভামাগা শচীরাণীগসু ব্রাহৈগী লান ওইবা)*

শচীরাণী- তাবিবরা সত্যভামা ! করিগী খঙদে নহাক ঐহাক অসি ইন্দ্রাণীনি হায়বা ? ইকায় খঙদবী ! নাপল হাক্লা তৌগনু ! মর্য্যাদাবু মাঙদ্রিঙে চৎচহৌরো থুনা। ফূকতোকলম্বা পারিজাত নিংথীনবু থারম্মু। মর্তদা লৈবা থীকনেম্বনা করিগী লামলি থা অৱাংবা ?

সত্যভামা- তাজৌহে শচী- ও ! খঙজৌ ঐহাকসে উপেন্দ্রাণীনি। নাপল তৌরিবদি নহাকনি। খঙই নপুরোইবগী মথৌনা। ননেম অদিতিগী কুণ্ডল নরকাসুরনা মুনবদা করিবু তৌজবা ঙম্মী নখোয়না। মাগী কোনুং থুগায়রগা নরকাসুরবু হাৎলগা নবুংঙো কৃষ্ণনা লৌরকপা নৎত্রা অদিতিগী কুণ্ডল ? পারজাত পাম্বীসে ফংবনি সমুদ্র নৈবদে। মসিদা য়াওরি ঐখোয়গী সরুক, নখোয়গীতা নত্তেয়ে। হূরানবা নত্তে পারিজাত, ইশাগী পোৎ ইশানা লৌজবনে। ইশাগী পোৎ ইশানা লৌজবদা থিংবিগনি কনানা ?

*(শচীরাণী সত্যভামা অনীগী খৎনবা ব্রাহৈগী লানদা নুংঙাইমনখ্রদুনা নোকলি নারদ থীক থীক অদুগা শোল্লি মচীন্দা মুরুম মুরুম)*

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ ! নুংঙাইরে নুংঙাইরে, য়াম্না নুংঙাইরে, নারদ ঐগী নুংঙাইবা খম থেংলে, মসিদা থোকহনগে থৌরাংজবা মায়পাকলে মহে চারে। নারায়ণ ! নারায়ণ !

ইন্দ্র- তাও হে কৃষ্ণ ! ইতীক খঙহনগে ইন্দ্র ঐগী। চোম্নীংদ্রবা থারম্মু নিংথীনা ফূকতোক্লবা পারিজাত পাম্বী অদু।

কৃষ্ণ- কান্নরোই ইন্দ্রদেব ! কৃষ্ণ ঐনা লাক্লিবসে পারিজাত নমদুনা লৌবা লাকপদা নত্তে, নহাকপুসু মতীক চাবা পারা অমসু

তন্বীগে লাকপনি।

ইন্দ্র- অদুদি পায়খৎলু খৃৎলায় ! পানসি লাম্বা। য়েংনসি নহাক্না পারা তন্বীবরা, ঐনা পারা তন্বীবরা।

কৃষ্ণ- মদুমক্কীনি কৃষ্ণ ঐনা লাক্লিবসিসু।

*(ইন্দ্রদেবগা কৃষ্ণগা লাম্বা পানবা)*

কামদেব- তারবরা জয়ন্ত ! কামদেবনি ঐহাকসে। লাক্লিবনি লাম্বা পানগে নহাক্কা।

জয়ন্ত- কামদেব ! হাক্না নাপল তৌগনু। খণ্ডহল্লগে হৌজিক নমাঙদা জয়ন্ত ঐগী ইতীক।

*(জয়ন্তগা কামদেবগা লাম্বা পানবা)*

সাত্যকি- পারিজাত পাম্বীসে ফূকপনি সাত্যকি ঐহাক্না। থৌনা ফবা কনানো থোরকউ লৈরাং পাম্বীসিবু মুনহৌবা ঙমগদবা।

জয়দেব- করি সাত্যকি ? করিগী হূরাল্লি পারিজাত পাম্বী ? নমদুনা লৌহৌগে নঙোন্দগী জয়দেব ঐহাক্না। চোপ্পীংদ্রবা থারম্মু পাম্বী অদু নিংথীনা।

সাত্যকি- অমুক থাগে ফূকপা নত্তে পারিজাত, নমদুনা পুগে ফূকপনি থারুনবা দ্বারকাদা।

জয়দেব- অদুদি মুনহৌবা তারে পাম্বী অসি। পায়খৎলু খৃৎলায়, পানসি লাম্বা।

সাত্যকি- ফৈ ফৈ পানসি।

*(অসুম্না জয়দেবগা সাত্যকিগা লাম্বা পানবা)*

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ ! নুংঙাইহ্‌রে কুমহৈসে, পানরে লাম্বা অমগা অমগা : কৃষ্ণগা ইন্দ্রগা, জয়ন্তগা কামদেবগা, সাত্যকিগা জয়দেবগা, উপেন্দ্রাণীগা ইন্দ্রাণীগসু ব্রাহৈগী লান সিদসু নত্তে খগেন্দ্রগা গজেন্দ্রগা। কয়াদা য়েংবা নুংঙাইরিবা খগরাজ গরুড়গা গজরাজ ঐরাবতগা পানবা: খূজীন নাতোন অনীগী লান। ও ! ও ! চেল্লে চেল্লে গজরাজ, পানবা ঙমদ্রমাল্লে খজরাজগা। গজরাজ চেনবদা য়াওরে ইন্দ্রসু।

ইন্দ্র- হে কৃষ্ণ ! নাপল কাগনু ঐগী খৃৎলায় পূম্বা ককথরে হায়দুনা। খাঙবা ঙম্বা য়েংউ হৌজিক ঐগী বজ্রগী মাঙদা।

*(অসি হায়দুনা বজ্র লংবা, বজ্রনা ঙংদুনা পাইশিল্লকপা)*

কৃষ্ণ- হে খগজার ! ঙাওরে সুরপতিসে লংলক্লে মাগী বজ্র। সুদর্শন চক্রনা ককপা য়াবনি মতূপ মতূপ। অদুবু মুনি য়াথং কায়গনি, মসিগীদমক কিজেদো, উপায় তৌরো নহাক্লা। নতু অমা শংলগা লংখো হে বীর বর পানহন্নবা বজ্রনা।

গরুড়- ফগনি প্রভু ! *(অসি হায়দুনা মচীন্না মতু অমা ফোয়রগা লংবা)*

কৃষ্ণ- খগরাজ ! য়েংউ বজ্রসে নহাক্কী নতুদা পাল্লে। অনীরক হনবা য়াদবনা বজ্রসে হনশ্রে মফমদা। শোয়দনা মায়থীরনি ইন্দ্ররাজ, লৈত্রে হৌজিক মাগী খূৎলায়।

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ ! করিনো তৌরিবসিদি ? মাঙবা তারে করমনো ! কুমহৈ য়েংনীংদুনা শীল্লুবা থৌরাং, ওইরে হৌজিকতি মাঙনবা। খামজীনদবা য়ারোইদৌরি লানসিদি। অদুবু কনানা খামগনি ? চৎতবা য়াদ্রে হৌজিক ক্ষীরোদতা, উনরুগে কশ্যপ মুনিগা, তান্নরুগে লান খান্নবা।

*(নারদ কশ্যপ মুনিগী নাক্তা খূদকতা থুংখি)*

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ !

কশ্যপ- হে দেব ঋষি ! করিগীনো নহাক্লা য়াম্না পাখৎনা কশ্যপ ঐগী ইফমদা লাক্লিবা ?

নারদ- তাবীয়ু মুনিদেব, অপঙবা নপারী ইন্দ্রদো লাম্হেংনহৌরে কৃষ্ণগা পারিজাত হাক্তক্কী। কান্নফম খঙখিদ্রে অরেম্বা তাখ্রে মানা লংবা বজ্র। ইবুংঙো কৃষ্ণ শীজিন্নদ্রি হৌজিক ফাওবা সুদর্শন চক্র। খঙদ্রে করি থোক্লগবা। তমজগে লাকপনি লানগী পাউ থেমজিনবীনবা।

কশ্যপ- মাঙবা তারে করম্লো। লাইমা পঙই হে ইন্দ্র। করিগীবু লাম্বা পারিবা জগৎ মপু শ্রীহরিগা ? খামদবা য়াদে লান অসি, অদুদি কনানা খাম্বা ঙমগনি, সদাশিব নত্তনা ঙমলোই খাম্বা অতৈনা। তৌদবা য়াদে হর স্তুতি। ওঁ নম: শিবায়ে ! ওঁ নম: শিবায়ে ! ওঁ নম: শিবায়ে ! খামজিনবীয়ু অমুক্তা কৃষ্ণ- ইন্দ্রে

লান।

সদাশিবা- পেল্লে মহাদেব ঐহাক কশ্যপ মাগী স্তুতিদা। খামদবা য়াদে কৃষ্ণ- ইন্দ্রে লান। চৎকে হৌজিকমক লানফম তাম্না।

*(যণদম্বা তোংদুনা থুংলৈ লানফমদা মিকুপ অমগী মনুংদা মহাদেব, খগেন্দ্রদা উপেন্দ্র গজেন্দ্রদা ইন্দ্রদেব তোংদুনা লান শোক্লরম্মী, ময়ায়দা মহাদেব চপ লেপলৈ অদুগা হায়রকই)*

সদাশিবা- ঙাইখো অনীমক, খূৎলায় হজিল্লু নশা নশাগী।

*(কৃষ্ণদা ওশিন্দুনা)*

সদাশিব- তাবীয়ু নিংথীনা হে কৃষ্ণ ! মতীক নত্তে ইন্দ্রনা নহাক্কা লাম্বা পানবা। দেবরাজ মহাক্তি শেম্বীবনি নহাক্লা। মাবু মাঙহনগে থৌরাংবা করি লৈ মদুদা অচুম্বা ?

কৃষ্ণ- হর হর মহাদেব মহেশ্বর ! স্বর্গে ভোগতা নাপল কারে ইন্দ্রসে, পারিজাত পীয়ু য়াদে মহাক্লা। মতোমতনা ফংবা নত্তে মসিদি, সমুদ্র নৈবদা ফংবনি, মসিদা য়াওরিবনি ঐখোয়গী শরুকসু। ঐনা বামন ওইনা মাগী ঈরেম্না পোকপনি। উচ্চৈ: শ্রবা ঐরাবত মঙোন্দবু পীবনি। লৈরাং পাম্বীসিদং মফমদবু নিবনি, করিগীদি সিগীবু মহাক্লা খৎনবা।

সদাশিব- "হরি হরি" ওষ্ঠোকপনিদা, ঙাওরেনে ইন্দ্র নহাকতি, খঙদ্রে নহাক কৃষ্ণসে কনানো হায়বা। মাগবু খৎনবা করিসু লৈরোই নহাক্কী তোংজবা।

ইন্দ্র- তাবিয়ু হে পশুপতি সদাশিব ! নন্দন কানন্দা হৌরিবা পারিজাত দেবকীগী মচানা পুখ্রবদা কৈদৌননি ইন্দ্রে খুবম স্বর্গদা ?

সদাশিব- অতোম্বদি ননাওনি অদিতিনা পোক্লবা নাপল মাঙনবা শাইওনবনি দেবকিগী মচা ওইনা। মাগী শরুক তমফৈনা। পারিজাতপু পীদুনা মাগী মবূক ফাফৈনা।

ইন্দ্র- প্রভু ! নয়াথংবু হিকতোকচরোই। কাউজরোই কৃষ্ণবু ইনাওনি

তাকপিবসি। ময়াম্বদা ব্যবহারদি লৈফম থোকইনা মনাওগী। অদুদি নত্তদুনা নমজা নমথেক্লদুনা নোঞ্জ করি য়াওদনা নমদুনা পুগে থৌরাংবা খম্বুবীয়ু মহেশ্বর।

সদাশিব- হে হরি ! জগৎকী মপুনি নহাকতি। অপণ্ডবা ইন্দ্রনা খঙদদুনা লাম্বা পানবনি নহাক্কা। অশাউ' পরৈ হন্দোকপা চুমগনিদো হে হরি। নহাক্লা শেম্বা খুবমনি, মঙোন্দবু পীবনি। শেম্বীবনি মহাকপু ইবুংঙো নহাক্লা। নহাক্লা শেম্বা পাম্বীবু য়ানথৎপদি চুমলোইনা। পারিজাত পাম্বীসে পুখো করি থিংলোইনা, ইকায় খুম্লনা লৌবীখো ইন্দ্র নয়াম্বনিনে।

কৃষ্ণ- য়াজরে সদাশিব ! তাকপিবদো নহাক্লা।

*(অসি হায়রগা ইন্দ্রদেবদা)*

কৃষ্ণ- খুরুজরি দেবরাজ ইয়াম্বনি নহাক্তি

ইন্দ্র- দেবকীগী মপারীও ! চেজেৎ কোনগে য়াম্বনা। কৎচরি পারিজাত পাম্বীসে নফমদবু হে কৃষ্ণ ! তাইবঙ লীলা লোইদ্রিফাওবা নহাক্কা শাগোন্ননা লৈবীয়ু পুষ্পরাজ কল্পবৃক্ষ অসিগা। চৎলে হৌজিক ঐহাকতি স্বর্গপুরীদা।

*(অসি হায়রল্লগা ইন্দ্রদেব চৎখি ইন্দ্রাণীগা লোয়ননা, চৎলমদাইদা ইন্দ্রাণী মীৎচিনা হায়ফেৎ য়েং নোকফেৎ তৌরম্মী সত্যভামাদা, খোয়দৌ চাকখি মদুদা সত্যভামা। অদুনা হায়রকই :)*

সত্যভামা- হে জগন্নাথ ! অসুম্লবু অসুক ইকায়না ফংবা অসিদি পামজদ্রে পারিজাতকা করি অমত্তা ইন্দ্রদবু খুরুম্বা, ইন্দ্রাণীনা নোকফেৎ তৌখিবা, নাপল মথোই কাখিবা পৃম্মাঙ মাঙলে ঐগী ইজ্জৎ।

কৃষ্ণ- তাওনে হে সতী চান্নবী ! করিগীনো নহাক্লা ব্বারৌবা ? মরোল অহুমদা লৈরিবা প্রাণীশিং অতোপ্পা নত্তে করিসু, পৃম্লমকসে থোকখিবনি ঐঙোন্দগী, ইশাদবু ইশানা খুরুমজবা ইকায়ফমবু থোকতেনে। অদুগীসু মথক্তা সদাশিবগী য়াথং ইন ঙাকপিবনি ইন্দ্র মাগী মরান পৃম্বা।

সত্যভামা- সদাশিবগী য়াথং ইনুবদা হে প্রভু কাউথোকপিরে ঐবুদি, মায়থী ফংলে ঐহাক্তি ইন্দ্রাণীগী মমাঙদা।

কৃষ্ণ- ঐনা ইন্দ্রদা খুরুম্বা, ইন্দ্রাণীনা মথোই কাখিবা অসিরা নহাক্না ইকায়বা ? নহাক্কী ইকায় কোক্লবা খুরুমহনগে নফমদবু ইন্দ্রদো, ইকায়হনগে ইন্দ্রাণী।

*(সদাশিবদা ওনশীন্দুনা)*

কৃষ্ণ- হে মহেশ্বর ! নহাক্কী য়াথং হিকতোকপবু ঙমদবনা খুরুম্বনি ঐহাক্না ইন্দ্রদা। ইকায়রমাল্লে মসিদা সাত্রজিৎকী মমোমলোই। মাগী ইকায় কোক্লবা খুরুমহনসি ইন্দ্রবু সত্যভামাদা। নীংশিংহনবীয়ু নহাক্না মঙোন্দা যুগ যুগ খূদিংদা হিংচাবগী মখূৎতা লাইয়াম্না অৱাবা তারবদা কনবীখিবা কনানো। অদুগুম্বা মহাকতুদা ইন্দ্রনা করি লমন শিংখ্রবগে। য়েক্ল - তিংখং লৈতনা পাঞ্জবা ঙল্লিবসে মহাক্না কৃষ্ণ ঐগী ইপান্দগীনি। হায়বীয়ু হন্না মঙোন্দা নরকাসুরগী লান্দা সত্যভামানসু লৌখিবা থৌদাং। মদুগী লমন শক হায়বীয়ু ইন্দ্রদা খুরুমলুজৌ সতী মাগী চরণদা।

সদাশিব- হে হরি ! হায়জরুগে ৱাফমদো ইন্দ্রগী মফমদা।

*(মহেশ্বর চৎলুরগা হল্লকপা)*

কৃষ্ণ- হে মহেশ্বর ! হায়নখিবা ৱাফমদু য়াহৌরব্রা ইন্দ্রনা ?

সদাশিব- হে হরি ! য়াবদি লায়রদনা মৈ হৌনবু শাউহৌইদা।

কৃষ্ণ- (গরুড়দা ওনশিন্দুনা অদুগা শাউনা) চৎলু বীর খগেশ্বর, পাতালদবু য়ৌরুরো, বিরোচলগী মপারী বলিবু কৌরুচৌ, শিন্নগে মঙোন্দা ইন্দ্রগী খুবম।

গরুড়- ঙাকপিগনি প্রভু নোল্লুকচরি ননাইনা। য়েংজগে ননাইনা কয়াম মঙক কনবগে হায়বদু ইন্দ্রনা। ইন্দ্র ঐগী চান্নজবা মরূপ্নি পুজরক্কে মফমসিদা।

*(অসি হায়রল্লগা গরুড় ইন্দ্রগী নাক্তা চৎখি অদুগা হায়খি)*

গরুড়- করিগী ঙাওরিবনো হে পুরন্দর মরূপঙ্গোই ! শেম্বীবসু মহাকনি ঙাকপিবসু মহাক্লি। মপু মাগী মফমদা খুরুম্বা ইকায়ফম্বু লৈতেনে। লক্ষ্মীগী শাইওননি সতী সত্যভামা। সতী মাগী চরণদা ভক্তিবুদি কৎচবা মপু মানা পেনবীনি। মপু মানা শাউরবা ইন্দ্রপদ ফংলোইনে, বিরোচনগী মপারী বলিদবু পীদুনা লাইগী খুবম পায়খিনি। নরকাসুরগী লান্দা শরুক য়াখিবনি সত্যভামা। লমন তোল্লি হৌজিকসু মহাক্কী। লমনদুবু শিংবা শক খুরুমফম থোকই মঙোন্দা।

ইন্দ্র- চুম্মী চুম্মী মরূপলোই ! গোবিন্দবু শাউহনবা অফবা ওইরোই পোল্লোইদা। লমন তোল্লি হৌজিকসু সত্যভামা মহাক্কী।

গরুড়- অদুনা চৎসি মপু মাগী মফমদা, নোঙ্গসি মঙোন্দা, ঙাকপিগনি মদুদা মহাক্না, লাল্লম্বা পূম্বা নহাক্কী। নারায়ণগী মাঙদা পুগনি ঐনা নহাকপু খূৎকা খূৎকা খূৎশম্ননা। চঙজসি সতী মাগী মফমদা তৌবীমন খঙবা উৎনবা, লমনবুদি শিংনবা, মপু মানা পেনবীনবা। য়াওজসনু ইন্দ্রাণীসু মসিদা।

*(অসি হায়বদা ঐরাবত তোংদুনা লাকই ইন্দ্র। গরুড়না ইন্দ্রবু খূৎশম্ননা পুশিল্লকই মালেম লৈদা খুরু খুদক কুন্না স্তুতি তৌজে ইন্দ্রনা সত্যভামাদা)*

ইন্দ্র- 'নঙনি লক্ষ্মী, নঙনি সরস্বতী, বিষ্ণুগীদি চান্নবীনি, জগৎকীদি মমানি ,নঙনি পাতাল, নঙনি স্বর্গ, তরং মালংসু নহাকনি, পৃথী চীংজাউসু নহাক্লি, লাইজ ঈপাকসু নহাকনি, মালেম পৃথিবীসু নহাক্লি, থৌজাল হৈবী নহাক্লি, পীনহৈবী নহাকনি, য়ুম্লুম খুদিং মমানি, ঐহাক্কীসু ইমানি নখূয়া খাদা চঙজরি, ইরান পূম্না ঙাকপিয়ু, নঙগী নগুণ খঙদবনা, ঐনা নাপল তৌবনি, লানজ পূম্না কোকপীয়ু, নচামক্লি খনবীয়ু।

সত্যভামা- হৌগৎলো দেবরাজ ! পেল্লে ঐহাক নহাক্কী ভক্তিদা। তারিবরা খগেশ্বর হে গরুড় ! হৌগৎলুনে দেবরাজবু, তৈরে মশাদা উফুল য়াইফুল, কল্লোকউনে চয়ে ফি অফবনা। মন্দাকিনীগী

লাইজনা চামথোকউনে মাগী মীৎস্নাসে।

গরুড়- ফগনি ইবেম্মা ! পাওথোকচগে নয়াথং থৌগঞ্জগে মরূপপু।

*(অসি হায়দুনা গরুড়না ইন্দ্রগী সেবা তৌবা)*

ইন্দ্র- লেঙবীরো হে হরি পারিজাত পুনা দ্বারকাদা চৎচরগে ঐসু ঐরাবত তোংনা অন্তপুরদা

কৃষ্ণ- লেঙবীরসি দেবরাজ হল্লগে ঐখোয়সু দ্বারকাদা।

ইন্দ্র- বিদায়।

কৃষ্ণ- বিদায়।

## (১০)

*(সত্যভামানা ব্রতরাজ পাঙথোকপগী থৌরম অমসুং কৃষ্ণ দান তৌবা)*

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ ! কয়াদা মথোই কারিবা সত্যভামাসে নুংঙাইরে মহাক হায়নীংঙাই লৈতনা পারিজাত ফংবগী নুংঙাইজবনে ইন্দ্রনা মঙোন্দা চঙজবগী হরাওবনে ইন্দ্রাণীবু লমন খুম্মে খঞ্জবনে, কৃষ্ণদা হায়জবা পূম্বা যাবীরকপনে, রুক্মিণীগী মাঙদা পোঙজনীংবনে, পূম্নমক্কা পূমতিন তিনবসিদা, পন্দোন লোমলে নুংঙাইবগী ঙমখৈ, থারেদো পুষ্পরাজ পারিজাতসে মাগী থোঙ্গান্দা, য়োমলেদো মখোঙসে মণি রত্ননা লৈবুং থোন্দুনা, লৈনম্মা শীল্লে দ্বারকা শীঙ্গুংনা, তত্তনা শান্নরে শ্রীকৃষ্ণগা লৈখোঙদা, শক শোন্নরে মাগী মতীক মগুণ, নাপল কারে মশাদা, য়ৈথেকতবা য়াদ্রে মাগী নাপল, নারায়ণ ! নারায়ণ ! তাগে হৌজিক মহাক্কা পোঙজদুনা মুরুম মুরুম শোল্লিবা অসি :

সত্যভামা- দ্বারকাগী মনুংদা সত্যভামা ঐহাক্কা মান্ননা লাইবক ফবসি কনা য়াওরমগনি ? নত্তে, দ্বারকাদদা নত্তে, স্বর্গ মর্ত পাতাল মরোল অহম্মকতদনি। সনা, লুপা, হিরা মণিমুক্তা মখল

কয়াগী লৈতেং অমদি মরল বাম্নবা কজনবা ফিরোল কয়া ঐহাক্কী রাংতম্মা লৈরি। মুনি ঋষি কয়ানা ধ্যান তপ তৌদুনসু অমুক্তং উজগে ফংঙমদ্রবা শ্রীমূর্তি ঐহাক্তি নুমিৎ খুদিংগী চরণ সেবা ফংজরি। কৃষ্ণ কায়নবগী বাবনা দশমী দশা ফংখ্রবী ব্রজবৃন্দাবনগী শ্রীমতী রাধিকা "হরে কৃষ্ণ" শোনজবা নত্তনা কৃষ্ণ ফংবগী বাফম লৈত্রে। দ্বারকাগী লৈমকোলগী লৈমা লীশিং তরাতরুক চামনা ঐহাক্কী রাকা ঙাইদুনা লৈরি। ইচেম ইবেম্মা রুক্মিণী অমদি জম্বুবতি অনীমকসু ঐহাক্কী ইখা থাবগুম তৌরি। দ্বারকাগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা ঐহাকপু খ্বাইদগী হেন্না থৌজানবিরী। মদুগী খুদমদি ইচেম ইবেম্মা রুক্মিণীদা পীখিবদি সুপ্নগী পারিজাত পরেং অমত্তনি। ঐহাক্কীদি অমরাবতীগী লৈকোল নন্দন- কানন্দা হৌবা পারিজাত পাম্বী ঐহাক্কী থোঙ্গালদা লৈতেংলি। কল্পবৃক্ষ মণ্ডাগী মনুংদা অমনি হায়নরিবা পারিজাত লৈরাংগী লৈনমসিনা দ্বারকা পূম্বা পূক্লিং শুমহৎহল্লি ...।

*(মতাঙ অসিদা নারদ চঙলকই)*

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ !

সত্যভামা- খুরুমজরি দেব ঋষি।

নারদ- হে দেবী লাইবক ফৈদকো নহাকসে, তাইবঙনা ফংঙমদ্রবা লৈরাং পারিজাতসে থাবীরেদো ইবেম্মগী থোঙ্গান্দা শ্রীহরিনা।

সত্যভামা- লাইবক ফবনি ঐহাক্কী।

নারদ- মতীক চারে ইবেম্মদি ব্রতরাজ কংপা। ঙস্লগনি পাঙথোকপা থৌরম অসি য়াম্না লায়না।

সত্যভামা- তাকপিয়ু হে ঋষিবর ! করি মহয় ফংগনি ব্রতরাজ তৌরগা ?

নারদ- ব্রত অসি তৌরবা লোইরে মপোক অসিমগী। ব্রত অসি তৌখিবদগীনি পুলোমাগী মমোমলোই শচীদো ওইখি ইন্দ্রনা চানবীবা ইন্দ্রাণী, চীং নিংথৌ মমোমলোই পার্বতি ব্রত অসি

তৌবদগী ওইখি মহেশ্বরী শিবগী হৃকচাং তংখায় ফংদুনা, স্বহা কৌবী মহাকসু ওইখি ফংজবা অগ্নি দেবগী চান্নবী। ব্রত অসিবু পাঙথোক্লবা পাবীনবা লৈরোই নহাক্কী, ওইগনি নহাক কৃষ্ণনা চানবীবগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না চানবীবা। ইবেম্মানা পাঙথোকনীংদ্রবদি খঙদ্রে, ঐদি চুম্মতা হায়জবনি ব্রতরাজগী মহয়। তৌবতবু ঙমগনি ইবেম্মদি ব্রত অসি পাঙথোকপা ইরায় লায়না।

সত্যভামা- শোয়দনা পাঙথোকচগে অসিগুম্বা ব্রতসি, ওইগনিবু হায়রবদি পূম্নমক্তগী অহেনবী।

নারদ- অদুদি লাঙলো ব্রতগী পোৎলম শুনা। সনা- লুপা, ফিরোন, ষণবী- ষন্নাউ, ফৌ- চেঙ, লীক- কোল ব্রাৎপা য়াদে দক্ষীণা অমদি দানগী পোৎলম। করিসু লৈবা নত্তে পোৎলমশিং অসি ইবেম্মদদি।

সত্যভামা- লাঙজগে পোৎলম পূম্বা শুনা, ঐগী করি ব্রাৎপা লৈরোই।

নারদ- ইবেম্মনদি নীংলি পাঙথোক্কে হায়না চপ যুংনা। অদুবু লৈরি লুরবা ব্রাফম অমদি।

সত্যভামা- করিনো তাকপিয়ু মদুসু

নারদ- ব্রতসিগী বিধাননি, পুন্দুনা থমগদবনি নবুংঙোবু উখোঙদা অদুগা তৌগদবনি দান মহাকপু।

সত্যভামা- হে ঋষি! অদুম্নবু হৌনবরা সতীনা? হঙ্গৎচগে ব্রাফমসি কৃষ্ণে চরণদা, খঙদে য়াবু য়াবীরক্কদ্রা ইবুংঙোনা।

নারদ- য়ারক্কনি শোয়দনা, য়াবনি ইবুংঙো মহাকতি নহাক্তা হায়রিমখৈ। তৌগদৌরিবা ব্রতসিসু নবুংঙোনা চানবীনবনি। অদুনা হে দেবী! ব্রতরাজ তোকফদে, খীন্থবদি তোংজরোই, লাঙলো পোৎলম শুনা ব্রতগী, অফবা নুমিৎ য়েংলসি ব্রত হৌনবা, ঐনা ওইগনি ব্রতগী পুরোহিত।

*(মতম খরগী তুংদা)*

সত্যভামা- হে ঋষি ! মৌজরে শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং, লাওজরে পোৎলম শুনা।

নারদ- অদুদি হৌরসি ব্রতগী থৌরম, পুল্লসি শ্রীহরি পারিজাত মখোঙদা, পায়রো খৃৎতা চেঙ থোইদিং অমদি কুশ।

*(ব্রতগী থৌরম পাঙথোকলে, লোইরে থৌরম পাঙথোকপা)*

নারদ- ব্রত লোইরবনিনা পুবা তারবনি দান কৎলবা শ্রীহরিবু। থোকচরগে পুল্লিবা অসি। হে গোবিন্দ ইবুংঙো ! দান তৌরেদো ইবুংঙোবু সত্যভামানা। অদুনা পুজরগে নহাকপু। থাদোক্লসি ইবুংঙোগী ফিজেৎ অসি, তপস্বীগী ওইরসি, কিরিটিবু থাদোকপিরো জটাবুদি পুল্লসি, মাই নগুণ থাগনি যোগপাটা থোনবীনি, মুক্তা পরেং থাগনি বনমালা শিফরোই, সনা- ফিগে লংথোকপিরো কৈউন্নবু লৈতেংলসি।

কৃষ্ণ- য়াজরে হে দেবঋষি নহাক্না হায়বা পূম্বা। শেৎচরগে তপস্বীগী ফিজোন।

ময়াম- মাঙলে মাঙলে করিনো তৌরিসিবো ? য়েংহেদ্রে শ্রীকৃষ্ণগী ফিজোনসে। তাও তাও যাদব যাদবীশিং ! থোরকলো দ্বারকাবাসী পূম্বা পুখিবা তারে ঐখোয়গী ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ নারদনা, কলহৌবা ওন্না য়েংসি লাউ।

নারদ- উগ্রসেন, বসুদেব, দেবকী, রোহিণী, লৈমা লীশিং তরাতরুক চামাগা নিপালনচিংবা যাদব যাদবী পূম্বা পূল্লবা ! কান্নরোই নখোয়না খাম্বা। কৎলবনি দান শ্রীকৃষ্ণবু সত্যভামানা। লেঙলসি ইবুংঙো তপস্বীনা মফমসিদা কুইনা পম্থবা তোংজদে।

রুক্মিণী- হে মুনিদেব ! পুখিবা য়ারোই শ্রীকৃষ্ণবু সত্যভামাগী দাননি হায়দুনা। কৃষ্ণসে মহাক্কীদা নত্তে ঐখোয় পূম্বগীনি।

নারদ- *(শাউনা খোন কল্লগা)* কান্নরোইদা হে দেবী, অদুম্নগা তৌরকনু, থৌনা ফবা শাগনু ভীষ্মকী মমোমলোই রুক্মিণীনি

হায়দুনা। নখোয়্ পুন্নগীনি হায়রগা করিগী খামহৌদে সত্রাজিৎকী মমোয়া দান তৌবা মতমদা ? নখোয়না খামদবনা দান তৌবনি সত্যভামানা কৃষ্ণবু।

রুক্মিণী- অদুদি পুন্নিয়ু ঐখোয়বুসু, লৈতে ঐখোয়গী লৈফম প্রাণনাথ লৈত্রবদি।

নারদ- করিগী পুগনি নখোয়বু ? সত্যভামানা দান তৌবদি শ্রীহরিতনি, নখোয়দি য়াওদেনা।

*(কৃষ্ণদা ওনশীন্দুনা)*

নারদ- হে হরি ! লেঙলসি, তৌরনুসি অমুক পন্থবা।

সত্যভামা- *(নারদবু থৎতুনা)* হে মুনি লৌনম্ব- ও পুখিবা য়ারোই ইবুংঙোবু নহাক্না।

নারদ- করিনোনে ইবেম্মা ? দানবু তৌরগা পুখিবা য়ারোই হায়বসিবো।

সত্যভামা- খঙলে হে নারদ কৌব- ও ! লৌনম চাউবা নহাকনি, ব্রতগী য়াফম পুথোক্তুনা ইবুংঙোবু পুননবা থৌরাংবনি নহাক্না। ব্রতগী কান্নবা ঙাওশীন্নবা লৈতে ব্রতগী কান্নবা।

নারদ- কান্নরোইদা হে দেবী ! ব্রতগী কান্নফম লৈতে হায়দুনা মুনহৌগে হায়রিব্রা ঐঙোন্দগী। ঐঙোন্দগী মুন্দৌবা কনাগী মতীক লৈবগে ? ওইরম্বনি মতম অমদা কৃষ্ণসে নখোয়গী, ওইরবনি মহাকসে হৌজিকতি ঐহাক্কী। থ্বাইগী মাওদা নৎত্রনে নহাক্ক কৃষ্ণবু দান তৌবা, অরোন অথূপ নত্তে, ইফোং ফোংবা য়াফমনি।

*(অসি হায়দুনা নারদ শাউবনা মমীৎ শুকপা, কিবনা সত্যভামা মশা থক থক নীকপা, অদুবু কিদবা শানা হায়রকই)*

সত্যভামা- হে ঋষি ! খঙই ঐহাক, নহাক শাউরে হায়বা। অদুবু কিদে ঐহাক করিসু। নহাক্কবু শাউরবা খঙই উফুল তানি হায়বা। কৃষ্ণ কায়না শরুকপুদি হেন্না কৈ উফুল তানা থবায় থাবনা।

অদুগা হায়জগে ৱাকম অমত্তুং : হায়বীখিবা নৎত্রা নহাক্লা ৱ্রতসিবু তৌবদে ফংখিবনি ইন্দ্রাণীনা ইন্দ্রবু, স্বহানা অগ্নিবু, পার্বতিনা মহেশ্বরবু। ঐসু ফংফম থোকত্র শ্রীহরিবু। মখোয়না মবুংঙোশিং দান তৌবদনা পুদ্রগা ঐগী ইবুংঙোবুদি করিগী পুগে হায়বীরিবা ?

নারদ- তাও হে দেবী মদুগী মরম। মমায় মরি পানবনি অগ্নিদু, পূম্ন মকপু চাকথেকপা ঙম্বনি মহাক্লা, দান তৌরে হায়দুনবু করম্ন বু পুগনি ঐহাক্লা মাবু, অদুনা ফংহৌবনি স্বহানা অগ্নিবু। ষণজাউ তোংবা শিবদো উৎ তৈবনি মহাকতি, ভূত- প্রেতকা লোয়নবনি, করম্না পুগনি মহাকপু, অদুনা ফংজহৌবনি পার্বতিনা। শচীপতি পুরন্দর মমীৎ লীশিং পানবনি, অদুগুম্বা শকতুবু করম্নবু পুগনি দাননি হায়দুনা, অদুনা ফংজহৌবনি ইন্দ্রাণীনা। অদুবু শ্রীহরি অসিদি মশক মতৌ চঙখোল্লি, মাগুম্বদি জগৎতবু তাঙবনি, হরি মাবু ফংজবা করম্নবু থাদোক্কনি, পুবা তাবনি মহাকপু, করিগীদি পীথোক্কনি নঙো৺ দা ?

*(নারদগী ৱাফমদা সত্যভামা খুমফম খঙদবা)*

সত্যভামা- কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! *(হৌনা লাউবা)*

কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! *(তপথনা লাউবা)*

কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! *(শোম্বাংননা শোনবা)*

*( অসি হায়রম্লগা ৱাম্বুবা)*

ময়াম- সত্যভামাসে করিনো অমা তৌরে, ৱাম্বুখরে *(ময়াম ৱা ৱা লাউবা)*

*(ময়াম লাঙনরিঙৈদা কৃষ্ণগা নারদগা ৱারী শাবা)*

কৃষ্ণ- হে ঋষিবর ! থারো নঙগী মায়াসে, য়েংহৈদ্রে ময়ামগী মতৌসে।

নারদ- কর্ম্মে মহয় চাসনু হে হরি ! ঙাইহাক কুমহৈ য়েংখিসি।

ময়াম- অ্যান ল্যাক্রে সত্যভামা ম্যাবু অমুক্তা শৌগৎপিয়ু।

সত্যভামা- কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ !

হে ঋষিবর ! চরণ কোন্না হায়জরি, থম্বীরম্মু কৃষ্ণবু, পণ্ডলবীদি ঐহাকনি কর্ম্মে মহয় ফংবনি।

নারদ- কৃষ্ণ কায়না মৈচাক্লা অদু য়ৌনা ৱারবদি তারো হায়গে ৱাফম অমা : তৌরবা দানবু লৌহৌগে খল্লবা ৱাখলবুদি তৌনরো ! গোবিন্দগা চাংদমনৌ মমল য়াম্বা পোৎশক্লা ব্রতে মহয়সু ফংগনি, হায়নবনি মসি শাস্ত্রনা। পোৎশকতুবু পুদুনা চৎচখিগে হরাওনা।

সত্যভামা- *(হরাওনা)* নুংঙাইজরে ঋষিবর ! থৌরাংবুদি তৌজগে। *(ময়ামদা ওনশিল্লগা)* ফালাবুদি শেমশারো বিধিবুদি কায়দনা অদুগা হোন্দোরকউ ঐহাক্কী সনা-লুপা মণিমুক্তা লীক-কোল অমত্তবু খাক্তনা।

ময়াম- লোইজরে শেম শাবা ফালাসে, পুথোকচরক্লে সনা লুপা লোইনমক।

সত্যভামা- *(শ্রীকৃষ্ণদা মখুৎ লোন্নদুনা)* হে হরি ! লেঙখৎপীয়ু অমুক্তা ফালাগী নাকল অমদা, *(ময়ামদা)* হাপকৎলু সনা লুপা ময়ামসে অতোপ্পা নাকলসিদা।

ময়াম- হাপকৎচরে লোইনমক অদুবু সনা লুপা হাপলিবা নাকলসে হাইথদরে করিমত্তা। কৃষ্ণগী নাকলসে শম্না মফে লেঙদরি।

সত্যভামা- পুথোরকউ অরৈবা লোইনা।

ময়াম- পুথোচরকলে লোইনা, লৈহৌদ্রে অমত্তা। অদুবু হান্নগী অদু মঙায় মচি লেঙদে ফালাসে।

লৈমশিং- হোন্দোক্লরসি ঐখোয় পূম্বগী সনা-লুপা, লীক-কোল লোইনা।

ময়াম- তাও তাও দ্বারকাবাসী পূম্বা পুথোরকউ নশা নশাগী সনা লুপা পূম্বা লোইনা।

নারদ- য়েংউ সত্যভামা ! নখোয়না ফনা য়াম্না হাপকৎচরবসু শম্না মফৈ অমা ফওবা লেঙদ্রি। কৃষ্ণগা মান্ননা লূমগদবা চাংদম্ন নীংঙাই করি অমত্তা লৈত্রবরা ?

সত্যভামা- হে কৃষ্ণ ! করিনো তৌরিবসিবু ? সিবু নঙগী করম্বা লীলানো? *(হীক হীক কপ্পা)*

*(ঙসাই মখৈ কৃষ্ণগী ভক্ত উদ্ধব তূমীন্না লৈ, ব্রাখল খল্লি অদুগা চঙলকই)*

উদ্ধব- হে কৃষ্ণ জগৎকীদি মপু- ও ! ননাই উদ্ববতা তাকপিখিবনি শ্রীমুখনা হন্না- হন্না "কৃষ্ণ নাম্না হকপা হেল্লি কৃষ্ণদগীদি"। নামগী মহিমাবু তাকপিখিবনি ননাইদা। ঙসিদি চাংয়েংজরগে তোল্লবনা নামগী মহিমা শোঞ্জদুনা পুবদা লূমদ্রবা শোনবদা ব্রাদ্রবা "হরে কৃষ্ণ" হায়বা নাম অসি ঙসিগী থৌদোকসিদা। পীনবীয়ু থৌজাল কোকচনবা দ্বারকাবাসীশিংগী অব্রাবা।

*(ময়াম্বু সনা- লুপাশিংদু লৌথোকহল্লি অদুগা তুলসী মনা অমা হেক্লগা "হরে কৃষ্ণ" হায়বা ময়েক অনী ইরে অদুগা শোল্লকই "হরে কষ্ণ")*

উদ্ধব- ইবুংঙো নহাক্কা চাংদম্নবা য়াবদি লৈতে জগৎতা করিমত্তা ইবুংঙোগী নামসি নত্তনা। ইবুংঙোদি সনা লুপানা লৈবা য়াবা নত্তে, ইবুঙোদি য়োনবা য়াবা পোৎশকসু নত্তে। ঙসি তোল্লবনা তুলসী পত্রদা শোঞ্জরিবা ইবুংঙোগী "হরে কৃষ্ণ" হায়বা নাম অসিনা চাংদম্নজগেকো ইবুংঙোগা। হাপচরে তুলসী পত্রসি ফালাদা, "হরে কষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে"।

ময়াম- তুলসীনা লূমখরে, হাইগৎখরে কৃষ্ণনা। ভক্ত উদ্ধবনা জয় ওইরে। জয় উদ্ধবকী জয়, "হরে কষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে"

নারদ- সত্যভামা ! ফংলে ঐনা থিরিবা পামলিবা পোৎশকতু : থম্মোয় শেংনা ঈশ্বর নুংশিবা অমদি নাপল য়াওদনা নীংজবা। হরি হরি শোল্লগা হরি মাবু ফংবনি। চৎলে তুলসী পত্রসি পুদুনা ঐহাক। নারায়ণ ! নারায়ণ !

ময়াম- "হরে কষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে"

মথক্কী ৱারী অসি মহাভারতকী আদি পর্বগী মতাং অমনি। কাশীরামদাসকী মহাভারতা ৱারীসি ফংজনা হৈরি। ফাশাদা তুলসী পত্র হাপ্লসি কৃষ্ণগী ভক্ত উদ্ধবননি।

উদ্ধবনা তুলসী পত্র হাপ্লা অসি নত্তবা রুক্মিণীনা হাপ্লা ৱারী অমসু লৈ। মুম্বাইদা ফোঙবা কোমিক *Amar Chitra Katha No. 316 (August 15, 1984)* হৈসুদা *THE PARIJATA TREE AND OTHER TALES OF KRISHNA* হায়বসিদা ৱারী অহুম য়াওরি। মদুগী মনুংদা *Tulabhara* হায়বসিসু অমনি। *Tulabhara* হায়বসিদা তুলসী পত্র হাপ্লসি রুক্মিণীনা হাপ্লা ওইনা য়াওরি। ৱারী অসিগী মতাংদা কোমিক অসিদা হৈরি ঃ *'The story entitled Tulabhara or weighing of Krishna is retold from the repertoire of the Kirtankars of Maharashtra, Karnataka and Andhra".*

মথক্কী কোমিক অসিদা য়াওবা *Tulabhara* পারব্বদা থম্মোয়দা ফাওরকপা ঐখিশ অমা ওইনা ৱারীসিদা ফুস্ফম ওইরগা মখাগী ৱারেং অসি খরা চাউখোকহল্লগা ড্রামাগী মওংদা মখাদা হৈজরি। মসিদা য়াওবা অরান অহুই কয়া খ্বাইনা ভাকপিগনি।

## "কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা"

রুক্মিণীঃ- যুগ যুগ খুদিংদা ধর্মনা মরায় চায়থরক্লবদা সাধুশিংবু কনবীনবা পাপীশিংবু লানবীনবা শায়োন কয়া তৌবীরিবা হে হরি ! হে কৃষ্ণ ! হে দয়াময় ! নহাক্কী নামবু মুনি ঋষি কয়ানা শকশোনজদুনা য়েক্লবা তরুকতগী লানথোক্লবা হোৎনরি। ননাই তোল্লবী রুক্মিণীসু হে ইবুংঙো নহাক্কী নামবু শোনজদুনা অহিং নুংথিল লেঞ্জগে। মপান নাইদ্রবা নহাক্কী থৌজালগী ঈপাক্তগী লাইজ মরীক অমত্তং পীনবিদুনা পাপকী লম্বীদগী লানথোক্লবা থৌনা লিংজেল পীনবীয়ু। ইবুংঙোনা পীনবিবা পারিজাত পরেং অসি তোল্লবীগী ঙকশমদা শিজবতা নত্তনা ঐগী থম্মোয় হৃদিনুংদা নহাক্কী "হরে কৃষ্ণ" হায়বা নাম সিগা লোয়ননা মতমচুপ্পদা কোনশিন্দুনা থমজগে। হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ- কৃষ্ণ, হরে হরে।

-----(০০০)-----

সত্যভামাঃ- দ্বারকাগী মনুংদা সত্যভামা ঐহাক্কা মান্ননা লাইবক ফবসি কনা য়াওরমগনি ? নত্তে, দ্বারকাদদা নত্তে, স্বর্গ মর্ত পাতাল মরোল অহুম্মকতদনি। সনা, লুপা, হিরা মণিমুক্তা মখল কয়াগী লৈতেং অমদি মমল য়াম্লবা ফজরবা ফিরোল কয়া ঐহাক্কী ৱাৎতনা লৈরি। মুনি ঋষি কয়ানা ধ্যান তপ তৌদুনসু অমুক্তং উজগে ফংঙমদ্রবা শ্রীমূর্তি ঐহাক্তি নুমিৎ খুদিংগী চরণ সেবা ফংজরি। কৃষ্ণ কায়নবগী ৱাবনা দশমী দশা ফংখ্রবী ব্রজবৃন্দাবনগী শ্রীমতী রাধিকা "হরে কৃষ্ণ" শোনজবা নত্তনা কৃষ্ণ ফংবগী ৱাফম লৈত্রে। দ্বারকাগী লৈমকোলগী লৈমা লীশিং তরাতরুক চামনা ঐহাক্কী য়াকা ঙাইদুনা লৈরি। ইচেম ইবেম্মা রুক্মিণী অমদি জম্মুবতি অনীমকসু ঐহাক্কী

ইখা থাবগুম তৌরি। দ্বারকাগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা ঐহাকপু খ্বাইদগী হেন্না থৌজানবিরী। মদুগী খুদমদি ইচেম ইবেম্মা রুক্মিণীদা পীখিবদি সুপ্নগী পারিজাত পরেং অমত্তনি। ঐহাক্কীদি অমরাবতীগী লৈকোল নন্দন- কানন্দা হৌবা পারিজাত পাম্বী ঐহাক্কী থোঙ্গালদা লৈতেংলি। কল্পবৃক্ষ মঙাগী মনুংদা অমনি হায়নরিবা পারিজাত লৈরাংগী লৈনমসিনা দ্বারকা পূম্বা পূক্লিং শুমহৎহল্লি। লৈমা লীশিং তরাতরুক্কা চামনা করম্মা দ্বারকাদা লৈখিবা, শ্রীকৃষ্ণনা ঐহাকপু কয়া য়াম্না থৌজানবীখিবা- হৌজিকসু ঐহাক্না নীংশিংলিঃ-

-----(ooo)----

*কৃষ্ণ-* *ভামা! নহাক অসি দ্বারকাগী অথোইবী মবেম্মনি।*

*সত্যভামা-* *পূম্নমক প্রভুগী থৌজান্নি।*

*কৃষ্ণ-* *ঐহাক্না নহাকপু মীকূপ অমা ফাওবা থাদোকনীংদে।*

*সত্যভামা-* *ননাই তোল্লবীগী লাইবক ফবনি।*

*কৃষ্ণ-* *ভামা! য়েংউ আদা মথন্নায় ন্নানা মায়থোঙ মক্না লাক্লিবসে স্বর্গপুরীগী মবুংঙো ইন্দ্ররাজনি।(ইন্দ্ররাজ চঙলকপা)*

*কৃষ্ণ-* *লেঙশিনবিরকসি ইন্দ্ররাজ, মায়থোঙ মক্না পূক্লিং নুংসুক নুংজাননা দ্বারকাদা লেঙবিরকপদি স্বর্গপুরগী করি অন্নাবা লৈরবগে?*

*ইন্দ্র-* *তাবীয়ু হে কৃষ্ণ প্রাগয্যোতিসপুরগী দৈত্যরাজ নরকাসুরনা স্বর্গপুর কাংখোং চাইহল্লে। অমরাপুর থুগায়রে। দেবসভা খাঙবা ঙমদ্রে। ইমা অদিতিগী নাইন ফকতুনা পুখ্রে। বরুণগী থাকল মুন্দুনা পুখ্রে। মর্তদা মুনি ঋষিশিং খাঙবা ঙমদ্রে। মথোক কারক্নবী শকহেনবী লীশিং তরাতরুক চামা ফাদুনা বন্দি থমখ্রে। প্রাগয্যোতিসতা লৈমকোল লৈতেংনবা লোইনা পুখ্রে। হে কৃষ্ণ! নহাক নত্তনা কনবীনবা কনা লৈত্রে। স্বর্গ*

*অমদি মর্তগী অৱাবা কনবিয়ু হায়জগে লাকচবনি।*

কৃষ্ণ- *নরকাসুর ? ভূমিদেবীগী মচাদো ?*

ইন্দ্র - *প্রভু!*

সত্যভামা- *মহাক হৌজিক কদায়দা লৈ ?*

ইন্দ্র- *ঐহাকপু অমরাপুরীদগী তানথোক্লবা মতুংদা মহাক মাগী কোনুং প্রাগয্যোতিসপুরদা হনখ্রে।*

কৃষ্ণ- *ইমা অদিতিগী নাইন মুন্দুনা নরকাসুরনা মহাক শিজ্জরগে বার্তন তৌজরেদো। ঐহাক গরুড় তোংদুনা খুদকতা মাবু লোইশিনগে।*

ইন্দ্র- *প্রভু ! মহাক্কী কোনুং কোয়না ঙাক্লিবা খূৎজু খূৎলাই, চীংজাও, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, মকোক মঙা লোঙবা আসুর মুরাবু নমথেক্লুনা নরকাসুরবু হাৎপিয়ু।*

কৃষ্ণ- *শোয়দনা ঐহাক্না মাবু মায়থীবা পীগনি, হৌজিকমক চৎলগনি*

সত্যভামা- *প্রভু ! (হীক হীক কপ্পা)*

কৃষ্ণ- *ভামা ! করিগীনো অদুক য়াম্না নথৱায় নুংঙাইতবা ? খঙঙে, কৃষ্ণ ঐনা খঙঙে, নহাকপু মীকূপ অমা ফাওবা থাদোকনীংদে হায়ত্রগা হৌজিক থাদোকতুনা নরকাসুরগী লানফম চৎকদৌবা অসিদা নথৱায় নুংঙাইতবনি। অদুনা হৌজিক চৎলসি ঐখোয়নী পূন্না গরুড় তোংদুনা।*

---- (০০০) ----

সত্যভামাঃ- অসুম্না লুরবা লানফম ফাওবদা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা ঐহাকপু থাদোকপিখিদে। শ্রীমুখনা নরকাসুরগী কোনুং ঙাকলম্বা চীংজাও, খূৎজু- খূৎলাই, মৈ, ঈশিং নুংশিৎ কয়াবু নমথেক্লুনা প্রাগয্যোতিসপুরগী সনাথোঙদা পান্নরম্বা মুরাসুর হাৎলগা নরকাসুরগা পান্নখি। নরকাসুরবু হাৎলবা তুংদা ফাদুনা থমলম্বা শকহেন্নবী লৈমা লীশিং তরাতরুক চামা থাদোকপীখি। মখোয়না হায়জবদগী মখোয় পূম্বা দ্বারকাগী

লৈমকোলগী লৈমা ওইখি। মদুদগী হৌনা মখোয়না ঐগী য়াকাতবু ঙাইদুনা লৈরকলিবনি। মসিদসু নত্তে কৃষ্ণনা ঐবু চানবিবদি। থৌদোক অমসু ঐনা নীংশিংলি ঃ

-----(০০০)-----

কৃষ্ণ- *ভামা ! করি মতৌনো নহাক্না লৈমায়দা তুরিসিদি । নশম ননা পুন্দরে, নশা পৃষ্বা উফুম্না পৃমব্রাউ ব্রাউরে। করিগী কপলি হীক্না হীক্না ? করি নীংবা থুংদরে ?*

সত্যভামা- *করিগীনো প্রভু মীচঙ মীখায় নাইবিবদি ? করিগী ঐবু লৌনম তৌবিবা ?*

কৃষ্ণ- *হায়য়ু ভামা ! করিনো ভাব তাবা ঙমদ্রে*

সত্যভামা- *চীনবানথোঙদা লাংবন খোইহী তৈবা পূক্নুংদনা হূফুম্বা, হৌজিকতা খঙজরে নহাক অসি কয়াদা লৌনম্বা ! দেবঋষি নারদনা পীবিরম্বা পারিজাত পরেং ঐহাকপুদি কাউথোকপিরগা ইচেম রুক্মিণীদবু নখূংমক্না হূকপিবা। কনানবু খাঙঙমনি অসুম্না ইকায়বা পীবদা। ইকায়বা খাঙনা হিংদৌ শরুক থব্রায় থাগে নমাঙদা, লৈবিহৌরো নুংঙাইনা ইচেম রুক্মিণীগী নাকতা।*

কৃষ্ণ- *ভামা অমুক্তা তপথখো, ঐগী ব্রাসু মতাখো। ঐনা নচে রুক্মিণীদা পরিজাত পরেং হূকলুবগী ব্রা ওইরেকো ! নঙনা করিদা ব্রাংতে নচেনা করিদা হেন্দে। ফর- ফংত্রবসু নচেনি। অহন্নি হায়দুনা মঙোন্দা হান্না পীবনি। মীনা নহাকপু লৈরাং পারিজাত পরেং অমগী ব্রারৌগনবী হায়নখিনি। মদুদা নহাকপু ইকায়দ্রনে। নচেগী মবুক ঈংনবা মোইথেম তৌদুনা ঐহাক্না পরেং অমত্তং হান্না মঙোন্দা পীবনি। নঙোন্দা ঐনা পীগে খল্লিবদি লৈরাং পাম্বী ফাওবনি। অমরাপুরদা হৌরিবা লৈরাং পারিজাত পাম্বীদে ফূকলগা নহাক্কী থোঙ্গান্দা থাবিগে।*

দ্বারকাদা লৈবা মীশিংনা সত্যভামাগী পারিজাতনা দ্বারকা পূম্না পূক্লিং শুমহৎলে হায়না পূমনিন নিম্না ঙাওনবদু ভামা নঙবু পামদবরা। করিগীনো অদুক খাঙগুমদবা, করিগীনো অদুক ঙাইঙমদবা ? নহাক্কী চোপ্পনবা ইকায়নবা, মাঙনবা কৃষ্ণ ঐনা খক শীনগে খন্দে। শোয়দনা থাবিগনি নহাক্কীদমকতি লৈরাং পাম্বী ওইনা।

সত্যভামা- প্রভু ! অদুদি ঐসু য়াওজগে পারিজাত পাম্বী ফৃকপা চৎপদা।

কৃষ্ণ- তপথখোনে ভামা, তকিং তকিংগনু। নহাক্কীদমক পারিজাত ফৃকললকউ হায়না হান্নবা দেবঋষি নারদ থাম্রবনি। মহাক লাকপা ঙাইখিসি। কাউরবরনে নহাকপু নরকাসুরগী লান? নারকাসুরবু হাৎলবা তুংদা ইন্দ্রনা অমরাপুরদা অমুক হন্নিনবা ঙমখিবনি। ইমা অদিতিগী নাইন, বরুণগী থাকল ঐখোয় অনীনা কনবীখিবা নৎত্রা ? পূম্নমকতুগী মমল ঐখোয়না করি লৌত্রবগে ? ইন্দ্ররাজ মশানা খঙনা তৌবিমন খঙবা উৎচরক্কনি।

( নারদ চঙলকপা )

নারদ- নারায়ণ ! নারায়ণ ! নারায়ণ !

কৃষ্ণ- হে ঋষিবর ! তশ্মু তাসি ইন্দ্রদেবনা পারিজাত পীরক্কবরা নৎত্রগা ঐখোয়বু লৌবা লাকউ হায়রকপ্রা ?

নারদ- নারায়ণ !, নারায়ণ ! হে প্রভু করম্নবু পাউদমলসিগে ননাইনা ! পরিজাত পীরকপদি লায়রদনা প্রভুবু থীনা হায়হৌইদা- হে গোপ মচা মণশেনবা, ইকায়খঙদবা, লাইমক্রা ফংঙমদ্রবা পরিজাতনি খঙদবরা, কংস কীবদগী গোকুলদা থৈবা, গোকুলদগী বৃন্দাবন্দা খুলহোংবা, ননি মাখল হূরানবা, মখোঙ মখুৎ পুন্দুনা রাণী যশোদানা ব্রারকপা , মণ, সগোল, লিল, উরোক খরা হাৎলগা নাপল কাবা, জরাসন্ধ কিবদে সমুদ্রগী

ইথংতা লোংপা মাগুস্নসু পারিজাত পাম্বা সাইনে, হে নারদ নহাকসে দুত ওইবগী ফবনি, চৎলো ইনাকতা লৈরগনু" অসি হায়দুনা ঐবুসু তানখোরকপনি, ইন্দ্রদেববু মতীকচাবা পারা অমত্তং তমবিয়ুনে প্রভু।

কৃষ্ণ- (শাউনা) হে ইন্দ্রদেব ! ওসিদি থুদেক্লগে নহাক্কী নাপল। করিগী খওদে মমাওঙৈগী থৌদোক। নওোম্দা পূজা কৎতে হায়বগীদমক্তা নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা নহাক্লা গোকুলবু লাক্ল গনি হায়দুনা নোং লেপ্তুনা চুহনবদা করিসু তৌবা ওমখিদবা, বজ্র পায়রে অসিরা, নহাক্লা নাপল তৌরিবা. নওগী বজ্রনা কৈদৌনি, নওগী ঐরাবতনা কৈদৌনি ? নন্দন বন চাইখায়গে পারিজাত পাম্বী নমদুনা ফুক্কে। নবুংওো ঐননি নহাকপু কনবিখিবা, নরকারসুরনা ইমা আদিতিগী কুণ্ডল মুনখিবদা লৌহৈবা ওম্না ? স্বর্গপুম্বা লুটপাট তৌদুনা ছারখার শাহনবদা ওাকচবা ওম্না নহাক্লা ? পরিজাত লৈরাং অথোইবা নহাক্কীদা নত্তে, সমুদ্র নৈবদে ফংলকপনি, মদুদা ঐখোয়গী সরুক য়াওরিবনি। কান্নদে অরেম্বদা মতম মাওহনবা, গরুড় তোংদুনা চৎলগে অমরাপুর তম্না।

সত্যভামা- প্রভু ! নরকাসুরগী লান্দা ননাইবু পুবিবগুম হন্দক্কী ইন্দ্রগী লানফম অসিদসু পুবীয়ু। ইন্দ্রপুরী য়েংনীংই, ইন্দ্রাণীদো খওনীংই।

কৃষ্ণ- ফরে চৎলসি, গরুড় তোংখৎলসি।

----(ooo)----

সত্যভামাঃ- অসুম্না স্বর্গপুরীদা চৎতুনা কৃষ্ণ ইন্দ্রগী লান শোক্লখি। মায়থীরবা ইন্দ্রবু চোপতনবা শিব মহাদেবনা লান খামজিনদুনা ইন্দ্রদেবনা পারিজাত পীরকখি।ইন্দ্রদেব অমদি ইন্দ্রাণী অনীনা ঐহাকক্কী মফমদা নোনজখি। পূমনমক অসি ইবুংওো শ্রীকৃষ্ণনা মনাই ওইবী ঐহাকপু থোইদোক হেনদোকনা

নুংশিবিবা অমদি থৌজানবীবদগীনি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা ঐহাক্কী থোজ্ঞালদা পারিজাত পাম্বী থাদুনা লৈরাং মাগী লৈনমনা দ্বারকা পূম্বা সরা সন্না শন্দোক্তুনা দ্বারকাবাসি পূম্বনা সত্যভামা ঐগী ইতীক ইগুণ শোন্নরি। লৈরাংলক্তগী অথোইবী পারিজাতপু পীরমদাইদা সুরপতি ইন্দ্রনা ইন্দ্রাণীগা লোয়ননা মালেম লৈদা খূরু খুদক কূম্না ঐগোন্দা স্তুতি তৌজখি ঃ-

-----(০০০)-----

ইন্দ্র- *"নগনি লক্ষ্মী, নগনি সরস্বতী, বিষ্ণুগীদি চান্নবীনি, জগৎকীদি মমানি,নগনি পাতাল, নগনি স্বর্গ, তরং মালংসু নহাকনি, পৃথী চীংজাউসু নহাক্নি, লাইজ ঈপাকসু নহাকনি, মালেম পৃথিবীসু নহাক্নি, থৌজাল হৈবী নহাক্নি, পীনহৈবী নহাকনি, য়ুম্নুম খুদিং মমানি,ঐহাক্কীসু ইমানি, নখূয়া খাদা চগজরি, ইরান পূম্বা ওাকপিয়ু, নগগী নগুণ খগদবনা, ঐনা নাপল তৌবনি, লানজ পূম্বা কোকপীয়ু, নচামক্নি খনবীয়ু।*

----(০০০)----

সত্যভামাঃ- অসি হায়দুনা ঐগী ইতীক ইগুণ শীংথানখিবনি। অদুই মতুং তাবদা পুষ্পরাজ পারিজাত পুরক্তুনা ঐগী থোজ্ঞালদা থাখিবনি। মমল য়াম্লবা রত্ননা লৈবূং থোনখিবা মখোগদুদা শ্রীকৃষ্ণগা তত্তনা শান্নজবা কয়াদা লাইবক ফগ্রবা। অফবগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না ফনবা মহাঋষি নারদনা তাকপিখি ব্রতরাজ তৌনবা। ব্রত অসি তৌখিবদগী পুলোমাগী মমোমলোই শচীদো ওইখি ইন্দ্রনা চানবীবা ইন্দ্রাণী, চীং নিংথৌ মমোমলোই পার্বতী ব্রত অসিদগী শিবগী হকচাং তংখায় ফংদুনা মহেশ্বরী ওইখি। স্বহা কৌবী মহাকসু অগ্নি দেবগী তালোই ওইবা ফংজখি। শোয়দনা ঐহাকসু ব্রত অসি তৌরনি। দক্ষিণাগী পোৎলম্মা সনা কোটি লাগুগনি, ষনবী

মীশিং কৎকনি মুনি ঋষি কয়াদা। সগোল, শাম্বু চেং, ফৌ, ফিজেৎ লৈতেং কয়া দান তৌদুনা হেন্না ফরবা মহে ফংদুনা মপোক খুদিংদা সত্যভামা ঐগী ইগুণ তাইবগুদা খঙহনগে।

*(নারদ চঙলকপা)*

নারদ ঃ- নারায়ণ ! নারায়ণ ! সত্যভামাগী ব্রতরাজ কয়াদা চাউনা লাওলিবা ! মুনি ঋষি কয়াদা, কয়াদা ফজনা দান তৌরিবা। লাক্লিবা মীপুম খুদিং সনা লুপা, হিরা মণি মুক্তা, শেল, ফি, চেং, ফৌ, যনবীনচিংবা দক্ষিণা ফংলিবা। হৌজিক ঐহাক দান তৌফম অসোমদা চঙদুনা মাগী দানগী পোৎলমসি য়েংলুগে। নারায়ণ ! নারায়ণ !

সত্যভামাঃ- ঋষিবর ! খুরুমজরি। ঋষিবরনা অসিগুম্বা মতমদা লেঙবিরকপা ননাই সত্যভামাগী লাইবক ফবনি। খুদোল অমত্তং লৌবীদুনা ননাইগী নীংবা থুংহনবিয়ু। হায়রিয়ু ননাইনা করম্বা পোৎলম কৎচরগা ঋষিবরগী মতীকচাবা ওইগনি।

নারদঃ- হে সতী ! ঐহাক্না পীয়ু হায়বদো পীবা ঙমগদ্রা ?

সত্যভামাঃ- ননাইগী অরৈবা ওইরবদি শোয়দনা কৎচগে।

নারদঃ- নহাক্কী অরৈবা পোৎনি, শোয়দনা পীগনি ব্রাশকউ।

সত্যভামাঃ- হে সত্য, সত্যে হায়বা লাইনা সাক্ষীওইসনু ঐহাক্কী অরৈবা পোৎ ওইরবদি শোয়দনা কৎচগে।

নারদঃ- অদুদি নহাক্না "নঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্মি খনবা পোৎ" অদু পীবিয়ু।

সত্যভামাঃ- লেঙশিনবীসি অসোমগী কা অসিদা। মসিদা লৈরে ঐগী খ্বায়দগী মমল য়াম্বা পোৎশিং। তাকপিয়ু হে ঋষিবর করম্বনা হেন্না পাম্বিবগে।

নারদঃ- হান্নবা হায়খ্রে নঙোন্দা "নঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্মি খনবা পোৎ অদু"। সনাগী মীক্লাং পরেং অসিনা নঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎলা নৎত্রগা হিরা মণিমুক্তা অসিরা নৎত্রগা

স্বর্গগী হিয়াইদ অসিরা ? করম্ববু নহাক্কা খ্বাইদগী মমল য়াম্মী খল্লি ? মখোয়সি নত্তবা হেন্না মমল য়াম্বা পোৎ লৈত্রবরা ?

সত্যভামা- ঐঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎতি...। *(লকক্ তৌবা)*

নারদ- হায়রকম খঙদ্রে , পীনীংদ্রবরা ? হায়য়ু করম্বা পোৎনো।

সত্যভামা- উম "ঐগী খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎতি ..."

*(মখা তাদবা, খুদক্তা মনুংদগী কৃষ্ণনা কম্না কৌরকপা)*

কৃষ্ণ- ভামা ! সত্যভামা !

সত্যভামা - কৃষ্ণ *(কৃষ্ণনা কৌরকপা খুম্বা)*

নারদ - বস ! ঐগী থাহংগী পাউখুম ফংলে। ভামা ! নঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎতি "কৃষ্ণ" ওইরে ? "কৃষ্ণ" পীনবীরো "কৃষ্ণ" পুদুনা চৎচগ্রগে।

কৃষ্ণ- হে ঋষিবর ! করিনো হায়নরিবসে ? ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে।

নারদ- প্রভু ! সত্যভামানা মঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎ অদু দান তৌগনি থাশকখি। ননাইনা করম্বা পোৎনো হংজবদা হৌজিক্তা প্রভুগী মাঙদা প্রভুবুনি হায়না "কৃষ্ণ" হায়না পাউখুমখিবদুনি। হে মধুসুদন ননাইবু থারৌবিগনু।

কৃষ্ণ- ভামা ! হায়রিবসি চুম্লবরা ? ঐহাকতি নহাক্না হায়বা য়াদুনতা লাক্লিবনি। নহাক ঐবু দান তৌরগে খল্লবরা ? নহাক ঐগা কায়নবা পাম্লবরা?

সত্যভামা- প্র ... ভু ! অ ... মুক ... তা *(কপ্পা)*

কৃষ্ণ- নহাক্কী নীংবা থুঙননবা ঐহাকপু দান তৌবদা য়ারোইদবা লৈতে।

নারদ- ভামা ! দান পীনবিরো, কষ্ণ পীনবিরো। কৃষ্ণ পুরগা চৎচগ্রগে।

সত্যভামা- হে ঋষিবর ! ঐঙোন্দা কৃষ্ণ পীয়ু হায়বিগনু। কৃষ্ণ নত্তবা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তং হায়বিয়ু কৃষ্ণ কায়নববুদি শিখিবনা হেন্না ফৈ।

নারদ- ভামা ! ঐনা কৃষ্ণ নিবা তৌখিদে নঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎ পীয়ু হায়বতনি। ঐহাক্না হংজবদা নহাক্না "কৃষ্ণ" হায়না পাউখুম পীবতনি। ফরে নহাক্না কৃষ্ণ কায়নবা ঙমলোইদবা ওইরবদি কৃষ্ণগা লূম্বা মান্নগদবা পোৎ অমত্তংদি পীবিয়ু নৎত্রগা নহাক্কী বাশক ঙাকউ, কৃষ্ণ পীবিয়ু।

সত্যভামা- ঋষিবর ! য়াম্না নুংঙাইজরে কৃষ্ণগা লূম্বা মান্নবা পোৎ ওইনা দান কৎচগে।

নারদ- করিসু কায়বা লৈতে মদুদা।

সত্যভামা- *(কৃষ্ণদা ওনশিন্দুনা)* প্রভু ! ননাইনা হায়জবা অমুক্তং য়াবিয়ু।

কৃষ্ণ- ভামা ! অমুক্তা নত্তেনে, চামরক য়াগদৌরিবনি। করম্বা কা দা নহাক্না হায়বা য়াখিদবা লৈব্রনে ?

*(খল ওন্নবা ফালা অমা থৌরাং তৌহনবা)*

সত্যভামা- ননাইবু নুংশিবিদুনা ফালাগী নাকল সোমদা অমুক্তা লেঙখৎপীয়ু। *(কৃষ্ণনা ফালাদা ফম্বা)*

সত্যভামা- কনা কনা লৈ ? ঐহাক্কী অরৈবা মাল চাং, সনা লুপা, হিরা মণিমুক্তা মমল য়াম্বা পোৎশিং পুথোরকউ অদুগা ফালাগী অতোপ্পা নাকলসিদা হাপকৎলু।

ময়াম- ফগনি লোইনা হাপকৎচগে *(সনা লুপানচিংবা হাপকৎলি অদুবু ফালা মচী লেঙদে)।*

নারদ- য়েংউ সত্যভামা ! শম্না মফৈ অমা ফাওবগী লম মচী লেঙদ্রি। কৃষ্ণগা মান্ননা লূমগদবা পোৎ নহাক্কী লৈত্রবরা ?

সত্যভামা- অরৈবা সনা লুপা মচেৎ অমা ফাওবা থনমগনু লোইনা পুথোরকউ।

*(মদু ফাওবা করি অমত্তা মচী লেঙদে)*

নারদ- ভামা ! হৌজিক ফাওবা কৃষ্ণগী খল মচী লেঙদ্রি। কৃষ্ণগা মান্ননা লূম্বা পোৎ লৈত্রগদি কৃষ্ণ পুজখ্রগে কৃষ্ণ পীনবিরো।

সত্যভামা- *(স্বর থবেৎ থবেৎ হোম্না)* সনা লুপা লৈতেং অমত্তা লৈত্রে,

কৃষ্ণ কায়নবা তারব্রা। মসিবু মঙলা তাইবঙলা ? দশমী দশা ফংদুনা কৃষ্ণ কয়ানবগী মৈচাক শ্রীমতী রাধিকানা ফংখিবগুম ঐহাকসু কায়না মৈচাক ফংবা তারব্রা ? অসিরা তাইবঙনা সত্যভামা লাইবক ফৈ, লাইবক ফৈ হায়নবদুবু ? কদায়দনো ঐহাক্রা চাউথোকচরুবা, কদায়দনো ঐহাক্রা হরাওজরুবা, পুম্নমক ওইরমলে মঙলান *(হীক হীক কপ্লা)*। লোইরে, ঐ লোইরে। ঐগা মান্ননা তোনবা কনা লৈত্রে।

নারদ- সত্যভামা ! পীনবিরো কৃষ্ণগা লূপ্না মান্নবা, নংত্রগনা পুজপ্রগে শ্রীকৃষ্ণ। কপশীন্নরগা বাশক ঙাকলোই থৌরাংলবরা ? নরদি দ লৈতনা করিগী অরৈবা শারি ? কপশীন্নগনু, কপশীন্নরগা করিসু কান্নরোই।

সত্যভামা- কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! হা কৃষ্ণ ! হা কৃষ্ণ ! *(কপ্লা তোক্তবা)*
*(রুক্মিণী খুদক্তা চঙলকপা)*

রুক্মিণী- ভামা ! তৌরিবসে করিনো ?

সত্যভামা- *(কপ্লা)* ইচে ! ঙসি ঐহাক্রা ব্রতরাজ তৌরকপগী অরোইবা নুমিৎসিদা সনা লুপা মণি মুক্তা কয়া দান তৌজে। স্বর্গপুরীগী ঋষি নারদদা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎ দান তৌগে বাশকচখি। করম্বা পোৎপু খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎনো হংলকপদা খুমফম খঙজখিদে। তত্তনা হংজিল্লকপা মতমদুদা মনুংথংবা কাদগী কৃষ্ণনা ঐবু কৌবিরকই। তাঞ্জাদুনা ঐহাক খ্বাইদগী হেন্না নুংবংননা লৈখি। সনা লুপা ময়ামগী মনুংদা মসিনি খুমগদবদা কৃষ্ণনা ভামা নঙদি ঐবুদি হন্থনা খল্লগা সনা লুপানা হেন্না মমল য়াম্বা পোৎনি খল্লব্রা হংলক্কনি খনবদা বাজখি। খুমদবা য়াদবদগী শ্রীকৃষ্ণনা কৌরকপদা ঐহাকনা "কৃষ্ণ" হায়না খুমজখি। তাঞ্জাদুনা দেবঋষি নারদনা মানা হংলিবা বাহংগী পাউখুমনি খনখি। তৌবগীদি ঐঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎসু শ্রীকৃষ্ণনি। নারদগী বাহংগী পাউখুম পীগে খনবদা ব

খল য়ুম্বংনখি। কৃষ্ণবু দান তৌরো, হায়রক্লবদা কৃষ্ণ কায়ননীংদবদগী অতোপ্পা পোৎ অমা দান তৌজগে হায়জবদা কৃষ্ণগা মান্ননা লৃম্বা পোৎ অমা পীয়ু তাকপিরকই। হয়াও হয়াও কৃষ্ণগা মান্ননা লৃম্বা পোৎ সনা লুপা ওইনা দান তৌগে খঞ্জদুনা কৃষ্ণগা খল ওন্নবদা শন্না মফে অমা ফাওবা শ্রীকৃষ্ণ লৈমায়দগী হাইগৎত্রে। কৃষ্ণ পুম্ব্রগনি খনবদা ৱাজরবী ননাওনি। ইচে ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু। কৃষ্ণবু অমুক্তা খামজহৌসি। *(কপ্পা লেপ্তবা)*

রুক্মিণী- ভামা ! কৃষ্ণ হায়বসে লৈবা য়াবা পোৎ নত্তে, য়োনবা য়াবা পোৎসু নত্তে। সনা লুপা, মণি মুক্তা কয়ানা কৃষ্ণ লৈবা খক ফংলোই। অদুগা কৃষ্ণবু ইশাগী পোৎনি খন্দুনা য়োনবদা শিংকদবা লৈতে। কৃষ্ণ হায়বসি জগৎকী মপুনি। অচৎ- চৎত, লেঙলি- পাল্লিবা জড়জীব কয়াগী মপুনি। ইতোমতগী লনাই ওইবা য়াবা পোৎ নত্তে। কৃষ্ণগী মগুণ, কৃষ্ণগী মমল সনানা, লুপানা, পৈশানা, হিরা মণি মুক্তানা লেপকদবা নত্তে, কৃষ্ণগী মগুণ অমদি মমল লেপকদবদি মশাগী ওইজবা থাদোক্কুনা পূকচেল শেংনা শোঞ্জবা "হরে কৃষ্ণ" হায়বা মহাক্কী নামসিতনা ওইগদবনি। মসিতনা কৃষ্ণগী মমল ওইগনি। কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, ঐর্সূয্য য়েক্লবা তরুক্তগী নাম্থোকপা ঙম্লবা মীওইদতা কৃষ্ণ লৈবনি। করিগী অদুক হাক্লা পঙবগে ভামা।

নারদ- ভামা ! পীনবিরো নহাক্কী দান, নহাক্কী দানবু ফংজবগা চৎচগ্রগে

রুক্মিণী- *(ময়ামদা ওনশিন্দুনা)* ফালাদগী সনা লুপা মণি মুক্তশিং অসি লোইনা লৌথোকউ।

ময়াম- ফনি লৌথোকচগে।

*(ময়াম্মা সনা লুপা মণি মুক্তা লৌথোকপা)*

রুক্মিণী- তুলসী পত্র হেক্নলকউ।

ময়াম- লৈজরে মসিদা

রুক্মিণী- হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে *(মসি হায়দুনা খুবাক অহমলক খুদুনা কৃষ্ণ নাম তুলসী পত্রদা শোল্লগা ফালা মথক্তা থম্মী)*

রুক্মিণী- হে কৃষ্ণ ! ইবুংঙো নহাক্কী নামদি কৃষ্ণ নহাক্তগীসু হেনবনি নহাক্কী নামবু শোনজবতনা মুনি খাষি কয়াগী মথৌ ওইরি। ঙসি তোল্লবী ননাই রুক্মিণীনা শোনজরিবা কৃষ্ণনাম অসিগা লোয়নরবা ফালাথক্তা হাপচরিবা তুলসী পত্র অসিগা ইবুঙোগা হকপা মান্নহনবিয়ু ননাই তোল্লবীগী পোকপৈ মহৈ য়াল্লে খঞ্জগে হে কেসব ! পূন্নমক নহাক্কী লীলানি। নহাক্কী লীলাবু কনানা খঙগনি।

*(কৃষ্ণনা ফমলিবা ফালা নাকন্দু ৱাংখৎলকই)*

ময়াম- তুলসীনা লূমথরে, হাইগৎখরে কৃষ্ণনা। রুক্মিণীনা জয় ওইরে, রুক্মিণীনা জয় ওইরে। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে।

সত্যভামা- *(খোঞ্জেন হৌনা)* ই- চে ! কৃ- ষ্ণ !

নারদ- সত্যভামা ! ঐনা থিরিবা পোৎশক্তু ফংলে। ঈশ্বরবু নুংশিবা অমদি নীংজবা। হরি হরি শোল্লগা হরি মাবু ফংবনি। তুলসী পত্রসি পুদুনা চৎলে ঐহাক হৌজিক্তি। নারায়ণ, নারায়ণ।

রুক্মিণী- প্রভু ! লেঙথবিরো ফালাথক্তগী।

সত্যভামা- ইচে ! ঙসিদি ঐহাক ঐগী নাপল খঙজরে। খনজরুই মতম'মদা ঐগী ললনা লৈবা ফংলোইদবা লৈরোই করি'মক্তা সনা লুপা লল থুমগী মতেংনা ঐনা নাপল তৌজরুই। ঐগী লৈরিবা ললসিদি ইচেগী ওইজবা থিদ্রবা ললগা চাংদম্নবদা করিসু লৈত্রবা উফুলগা পাংখক ওইরেদো। ইচে ননাওবু অমুক্তা ঙাকপিয়ু।

রুক্মিণী- হৌগৎলো ভামা ! পেল্লে, ঐহাক ঙসি পেল্লে। মশাগী মন্নানবু মশানা খঙজরবী সত্যভামাগুম্বী নুপী অমগী মচে ওইজবা ফংজবা অসিগা মান্নবা কদায়দবু ফংগনি ? মীওইবগী লৌশিংবু মপুংফাবা কদায়দা ফংগনি ? মীওইনা পোক্লবদা লাল্লোইদবা কনা লৈতে। লাল্লবদুবু লাল্লে খঙজবা অমদি লাল্লে হায়জবদা ঙাকপিবা অদুদগী হেন্না চাউবা ঙাকপিফম কদায়দা লৈগনি। সে হৌগৎলো, হৌগৎলোনে, ইচীন ইনাও তান্নবা য়াবা তাঞ্জা লাক্লে হৌগৎলো।

সত্যভামা- নহাল মখৈদি কৃষ্ণনা খ্বাইদগী চানবীবা অমদি মাগী থৌজাল ফংলবীনি খঞ্জরুই। স্বর্গপুরগী ইন্দ্রদেব অমদি ইন্দ্রাণীনা লৈশি লৈথোন্দুনা ঐগী ইগুণবু শৈথাবদা ইকায়বগী মহুৎতা থোইনা নাপল কাজরুই। পারিজাত পরেং অমগী ইচেম্বু কল্লকচরুই, মদুগী মহৈনা অশাউ লুতোন কানদুনা কৃষ্ণ- ইন্দ্রগী লাঞ্জাও থোকখিবা, তাইবঙ সরা সনখিবা মদুদা থোইনা হেন্না হরাওজখি। ইতীক ইপা নত্তনা অমরাপুরগী পারিজাত ঐগী থোঙ্গালদা থাববু ইকায়গেদি হায়দনা নাপল কাবা হেনগৎচৈ। ইচেগী য়েক্লবা তরুকতো ঐগী সঙ্গ ওইজরুই। মদুগী মহৈনা ঙসি ঐবু কৃষ্ণনা পারা অসি তম্বীবনি। খঙজরসনু মতাগুম দেবর্ষি নারদনা তাকপীরল্লে ঐঙোন্দা। ইচেগী হৃদিনুংগী কৃষ্ণ প্রেমদি ফিজেৎনা য়োম্বা মণিনি। ঐগী মপালথোংগী কৃষ্ণ প্রেম্মা সনাদা লূপ্পা কোরীনি। কয়াদা খেন্নবনো হায়বদু হৌজিক্তি তশেংনা খঙজরে।

রুক্মিণী- ভামা ! ঙাইখো হেনমল্লে নহাক্লা হায়রিবদু। ঐনবু করি খঙগনি। হরি হরি শোল্লগা হরি মাবু ফংগনি। মহার্ষি নারদনা তাকপিরম্বনি হৌজিকতা। কৃষ্ণ নাম্মা কৃষ্ণদগীসু হেল্লি হায়বসি যদুবংসগী গুরুজন উদ্ববনা তাকপিখিবনি। শ্রীমুখগী মফমদগী উদ্ধবনা ব্রাফম অসি খঙখিবনি। মীৎনা উবা

মপানথোংগী শক্তমগা হৃদিনুংগী ওইবা শক্তমগা খেন্নবা কয়া অমসু লৈরি। মপানথোংদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকা ঙাক্লা লৈবা উজ্জরবসু নুংদদি শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজবৃন্দাবন খক থাদোক্তে। দশমী দশা ফংখ্রবী শ্রীমতী রাধিকানা, কৃষ্ণনা মাবু থাদোকপিরে হায়বগী শাউবগী মহুৎতা কৃষ্ণ শোন্দুনা হৃদিনুংদা কৃষ্ণ মাবু থাদোক্তে। গোপ গোপী কয়ামসু কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোঞ্জরি। অসিমক্তনা হায়নরিবনি জগৎকী মপু কৃষ্ণদি বৃন্দাবন্দা লেঙদনা লৈ। কৃষ্ণতবু নীংজবী রাধিকানা কৃষ্ণ নীংজবে মহে তাইবঙনা মঙোন্দা চঙজরি কৃষ্ণ ফংনবগী লম্বীদা। জগৎনা শোন্নরি "রাধে- রাধে" হায়নরি রাধা- কৃষ্ণ। দ্বারকাদা নঙ ঐনা কৃষ্ণে সেবা ফংঙি হরাওজরিবসে মপালথোংগী ওইবা মীকুপ খরগী ৱাফমনে। তুং কোইহৌগদবদি রাধা কৃষ্ণ অনীনি। অন্তর ভাবপু নাথৈনা বাহির ভাবতা তাউদুনা দ্বারকাদা কৃষ্ণ লৈ হরাওজরিবা ঐখোয়সে অপঙবশিংগী মনুংদা অমনি। খঙদবগে করিগী হায়রিবা ৱাফমসে সত্যভামা?

সত্যভামা- তাকপীয়ু ইচে, নাপন্না ময়াই কাখিবনা খঙজখিদবনি ননাওনা অশাউববু খৃৎতা পায়, কল্লকপবু মরূপ ওই, ইচে ফাওবা ঐহাক্লা উশিৎচরুদ্রে। পঙলবীনি খন্দুনা ইরাল খিবিক ঙাকপিয়ু অদুগা নুংগী ওইবা ৱাফমশিং ময়েক শেংনা তাকপিয়ু।

রুক্মিণী- তাঞ্জা চাবা ফংদবনা তাক্লীং তাক্লীং ইনাওদা তাকপবুদি ঙমখিদে। তাকলম্বা তারবসু অরেম্বা মাঙগনি। শেরান্নবা ৱ াখন্না লোইনমক শেরান্ননা লৌগনি। হৌজিকতি মতম চপ চারেদো। তাক্লিবা খুদিং অরেম্বদা মাঙলরোই নহাক্লসু শেরান্ননা লৌররোই।

সত্যভামা- অচুম্বনি ইচে! ইচেনা তাকপিবা খুদিংমক অচুম্বনি লৌজগনি।

মদুতনা কৃষ্ণনা চানবিনবা পাম্বেনি খঞ্জগে।

রুক্মিণী- তারো ভামা অদুদি। ইতিক ইপা নত্তনা পাম্মি হায়দুনসু করি কান্নগনি সমপৎতি ময়াম পৈশিল্লগা। অদুগী শরুক মীয়াম খুদিং কান্নহনবনা হেন্না ফবা ওইগনি। শ্রীমুখনা ঐঙোন্দা পারিজাত পরেং অমত্তং হূকপিবদো নহাকসু কল্লকফম থোকপনি। শ্রীকৃষ্ণদা নহাক্লা ওইনবা, ওইনফম থোকপনি। মদুদা ঐহাক অশাউবা পোকখিদে। অদুবু পরেং অমগী মহুৎতা পাম্বী ওইনা থাবীনি হায়বদা হরাওরিবা নহাকসে অপঙবীনি হায়বদা য়ারবিনি। মতমদুদা ইচেনা তাকপিগে খনবনি অদুবু নহাক্লা ঐবুদি কল্লক্কুনা তৌরিবনি খনখিনি খন্দুনা তূমিন্না লৈখিবনি। করি তৌননি লৈরাং পাম্বী অদুমা কনশিন্দুনা থম্লগা। পুন্সি চূপ্পা চিনবা ঙম্লরোইদবা লৈরাং ময়াম থমজিল্লগা, নাপন কানবা মচাক ওইগনি। পরেং অমত্তা মপামজে, অতৈ থোইনা পামজদে হায়হননীংখি ইচেনা। পারিজাতকী লৈনমদি মতম চূপ্পগী লৈনমনি। লৈরাংসিগী ব াদা নত্তে। সনা লুপা, ললথুম হেনমন্না লৈবদগী নাপল মথোই কাফম থোকপনি। ঐগী খনবগা লোয়ননা মীয়ামগীসু খল্লবদি নাপল ময়েং তাফম থোকপনি।

সত্যভামা- তাকপীয়ু ইচে, ননাওনা হরাও হরাও তাজরি।

রুক্মিণী- ব্রতরাজগী ঙসি অরোইবা নুমিৎসিদা ইনাওনা মীয়াম খুদিংদা দান তৌখিবা থাগৎনীংঙাইনি। দান তৌরে ফজরে হায়নরিবসে বহিরভাবতা হায়নবনি। নুংগী ওইবা ব্রাফমদা য়েংবা তারগদি নহাক্লা তৌরিবসে থাগৎফমবু লৈতে। অব া- অনা, লৈত- লাইরা কয়াগী মতেং ওইনবা দান নহাক্লা তৌখিবা নত্তে। নহাক্কী কান্ননবা কৃষ্ণগী থৌজাল ফংনবা ভাবকা লোইননা তৌখিবা দান্নি। জগৎকী মপু হরিনদি ইনাওগী অন্তরভাবপু তশেংনা উরিবনিদো। ইনাওগী নাপল

মতাং চানা নমথগে খনবিদুনা ঙসিগী থৌদোকসি থোকহনবীরিবনি। মসি ঐখোয় খ্বাইগী লাইবক ফরবনি। মসি থোক্লমদ্রবদি তুংকোইনা নঙ ঐগী মরী অমদি দ্বারকা মীয়ামগী মরী ফবা ৱাংলমগদবনি।

সত্যাভামা- অচুম্বনি ইচে, ঐনা তৌখিবা দান মীয়াম্বু নুংশিদুনা তৌখিবা নত্তে, ইশাগী কান্ননবা তৌখিবা দান্নি। দেবঋষি নারদদা দান তৌজরগা বর পীবীরমগদ্রা খনবদৈ অপাম্বা দান নীবীয়ু হায়জবনি।

রুক্মিণী- অদুগা অমনা।

সত্যভামা- মখা তাকপিয়ু ইচে

রুক্মিণী- মীনা থাগৎলগা হরাওরিবা অসিসু ফত্তবদি নত্তে অদুবু থাগৎপিরকপা অদুনা অফবদা শীজিন্নবগী মহুৎতা ইশাদা মদ কাদুনা ফৈরেংননা শীজিন্নরবদি য়েক্লবা ঐশ্বর্য্যনা খুদুম চনবা মশানা তাবনি। স্বর্গপুরীগী ইন্দ্রদেবনা নঙোন্দা থাগৎলকপা অমদি নহাক্কী নতীক নগুণবু শীংথারকপদা হরাওবগা লোয়ননা মদুগা চান্নবা থবক্তা ওষ্ঠোকপা ঙম্লবদি অমুক্তা হেন্না ফবা ওইগনি। ইচেসু করিসু খঙবা নত্তে। নহাক্না নচেনি হায়দুনা তান্নসি হায়রকপা অসিদা ঐহাক্কী পেনবা খম থেংলে। মসিমক ঐহাক্কী পোকচমন মহৈ য়াল্লে হায়বমক য়ারবনি।

সত্যভামা- ইচেনা তাকপিবা পূম্নমক ননাওনা হরাও হরাও লৌজরি চুম্ন া তাকপিবতা নত্তনা থবক্না সাক্ষী ওইনা উৎপিরবসিনি। কৃষ্ণ, নারদ, ইচে অমদি দ্বারকাগী মীয়াম মমাঙদা ঐহাক্কী নাপল, কল্লক- কঞ্জাওবা, অশাউবা, ইরন্নাইতগী ওইগে খনবা কয়াবু শ্রীকৃষ্ণমক্না মায়থীবা পীবিদুনা অনৌবা মঙাল পীবিবা অসিগীদমক নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈত্রে। মমলম্বা ঐগী ৱাখল, খঙলুদ্রবা ইচেগী নুংগী ওইবা লল লৌশিং, প্রেম

লোইনা ননাওনা খওজরে। ওসিদগী হৌনা য়েক্লবা তরুক্তগী লাপথোক্লবা হোৎনজরগে। ইচে নহাক্তি ঐগী ইমানি, ইপানি, গুরুনি, পুন্সি চুপ্পা ইচেগী লমন তোল্লগদবনি।

রুক্মিণী- নত্তে ভামা, মদু নত্তে! নও ঐগী মরূপনি, নও ঐগী সহায়নি। নও ঐ তান্নগদবনি। হরি হরি শোল্লগা হরি মাবু ফংবনি। হরি নামবু শোনফমদা হরি মাবু ফংবনি। হরি মাবু ফংলগা হরি মাবু খৌশাদ্রবা হরি লাপ্না লৈবনি।

কৃষ্ণ- ভামা ! মহার্ষি নারদনা কৃষ্ণ ঐবু থনম্নগা তুলসী পত্র পুদুনা চৎখ্রে। হান্নসু হায়খ্রে ঐহাক নহাক্না হায়বা য়াদুনতা লাকলি। হৌজিক নহাক করি হায়নীংই। কৃষ্ণ ঐবু খামহৌবদি নচেম রুক্মিণীদো। নহাক্কী লল থুম, সনা লুপা, হিরা মণি মুক্তানা কৃষ্ণ ঐবু খামহৌবদা শীজিন্নখিদ্রে। রুক্মিণীগী ললনা কৃষ্ণ ঐবু খামহৌরে। ব্রায়েন বিচার মতুং ইন্না ঐহাক রুক্মিণীগী ওইফম থোক্লেদো। মসিদা নহাক করি হায়নীংলি।

রুক্মিণী- ওক্লে লেপপিরো প্রভু ! ননাই সত্যভামাদা অমুক অব্রাবদা হাপপিরনু। ইনাও সত্যভামাগী মরাল লৈতে। কৃষ্ণ কায়নগনি ব্রাজবদা সনা লুপা তাইবওগী লল কয়া পাম্মুজখিদ্রবা ইনাওনি। ইনাওদা ইকায়বা অমদি অব্রাবগী পোৎলূম মথং মথং হাপকৎপিরগনু।

সত্যভামা- হে জগৎপতি ! ননাইবু ওাকপিয়ু পওবদগী পওলবী তোল্লবদগী তোল্লবী ননাই সত্যভামানি। মতম কুইনা মমদুনা লৈরম্নগা ননাইগী থম্মোয় ওসিদি লৌশিংগী মৈরা উজরে। মৈরা অসিবু অমুক্তং পায়জবা ফংহনবিদুনা অচুম্বা লম্বীদা চৎচবা ওমজগে।

কৃষ্ণ- ভামা ! ঐনা অমুকসু হায়রি। ঐহাক নহাক্না হায়বা য়াদবা খক লৈখিদে নহাক্না হায়বা য়াদুনতা লাক্লিবনি। হৌজিক নহাক্না হায়খিবা অদু করম্বা মতমদা হায়রক্নদগে হায়দুনা ওাইরকপা কুইরবনি। অদুবু ওসিদি ঐহাক্না ওাইরকপা অদু ফংলে।

লৌশিংগী মৈয়া পায়দুনা অচুম্বা লম্বীদা চৎপা ঙমজরো হায়রবা বর অসি নঙোন্দা ঙসি পীরবনি।

সত্যভামা- প্রভু ! প্রভুগী বর ননাইনা হরাও হরাও লৌজরে।

রুক্মিণী- শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরে, সত্যভামানা জয় ওইরে।

কৃষ্ণ- ভামা ! ঐহাক নঙবু য়াম্না নুংশি। নুংশিমন্দুনা বর অসি পীনীংবা কুইরবনি অদুবু নহাক্না থম্মোয়শেংনা পামগদবা নুমিৎ ঙাইরকপনি। হান্নবা পীথোক্লুরগা নহাক্না পাল্লমদ্রবদি অরেম্বদা মাঙগনি খনবদে হান্না পীখিদবনি।

সত্যভামা- ইচেম ইবেম্মা রুক্মিণীনা লৌশিং থাউমৈ চুখৎপিদুনা ঙসিদা ঐগী অপাম্বসি ফাওরকপনি। নহালমখৈদি য়েক্লবা তরুক্কী লাংদা থুরুবদে অপাম্বা অসি পোকখিদবনি।

রুক্মিণী- নত্তে ভামা ! নহান মখৈ নহাক য়েক্লবা তরুক্কী লাংদা থুদে। মপানথোংদা লাংদা থুবা ওইরবসু মদুগী কান্নবা লৈতবা নত্তে। নহাক্না য়েক্লবা তরুক্কী লাংদা থুরমদ্রবদি ইন্দ্রগী নাপল থুদেকপা ঙমলমলোই। তৌবিমল খণ্ডদ্রবা ইন্দ্রগী নাপল থুদেকপা নহাক্কী নপান্দগীনি। হৌজিক্তি ঐখোয় পূন্না শোল্লসি "কৃষ্ণ নাম"।

ময়াম- হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে।

কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা হেনবগী ৱারী অসি কাশীরামদাসকী মহাভারতকী আদি পর্বদা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীদা নারদ মুনিনা খুদোল তল্লকপা পারিজাত লৈ পরেং অমা শিবীবা, সত্যভামানা ওইনবা, শ্রীকৃষ্ণনা ইন্দ্রলোক্তা চৎপা, শ্রীকৃষ্ণগা ইন্দ্রগগী লান, সত্যভামাদা ইন্দ্রনা হায়জবা, সত্যভামানা ব্রত তৌবা, সত্যভামানা নারদদা শ্রীকৃষ্ণবু দান তৌবা অমসুং কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা হেল্লি হায়বা মতাং পারগা অমসুং তারগা খণ্ডবা ঙম্মী। ধর্ম খণ্ডবা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত উদ্ধবনা কৃষ্ণ নাম শোন্দুনা তুলসী মনা শীজিন্নদুনা কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা থোইনবুদি চাউইনে হায়বসি মীয়াম মাঙদা থবক ওইনা উৎখি। অদুগা অমর চিত্র কথাগী "তুলাভার" হায়রবা মতাংদনা রুক্মিণীনা কৃষ্ণ নাম শোন্দুনা তুলসী মনা শীজিন্নদুনা কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা

লূম্বা হেল্লি হায়বসি মীয়াম মাঙদা থবক ওইনা উৎখি। মথক্তা ইজরিবা "কৃষ্ণ নামগী মহিমা" হায়বা ঋরেং অসি অমর চিত্র কথাগী তুলাভারদা য়াওবা রুক্মিণীনা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোন্দুনা তুলসী মনা শীজিন্নবা অদুদা য়ূমফম ওইরগা খরা শন্দোক্লা ইজবনি। মসিদা কাশীরামদাসকী মহাভারত্তা য়াওবা মতাং খরা অমসুং অমর চিত্র কথাগী "কৃষ্ণ অমসুং নরকাসুর" গী মতাং খরসু য়ান্না শন্না হাপচিঞ্জদুনা ইজবনি। অমর চিত্র কথাগী তুলাভারদা য়াওবা ৱারী অদুগী শন্নকপা মওংদি মখাগী অসিনি ঃ

*নোংমগী অয়ুক্তি। সত্যভামানা অতিথিশিংদা দান তৌরি, খুদোল পীরি। মতম অদুদা ঋষি নারদ "নারায়ণ নারায়ণ" শোন্নদুনা চঙলকই। নারদ উবদা সত্যভামানা নুংঙাইজবা ফোংদোকপগা লোয়ননা খুদোল অমত্তং কৎচবদা য়াবীনবা হায়জখি। মদুদা নারদনা সত্যভামাদা মহাক্না (সত্যভামানা) খ্বাইদগী মমল য়াম্মী হায়না খনবা পোৎশক্তু পীবা ঙমগদ্রা হংখি। সত্যভামানা পীজগে খুমখি। সত্যভামানা মাগী মমল য়ান্নবা সনা লুপা, লীককোল, হিরা মণি মুক্তাগী লৈতেংশিং য়েংহল্লি অদুগা অপান্বা হায়বীয়ু হায়জখি। মদুদা নারদনা করম্বনা মঙোন্দা (সত্যভামাদা) খ্বাইদগী মমল য়াম্বনি খনবগে হংখি। সত্যভামা খুমফম খঙখিদে। নারদনা অমুক্কা হংলকপদা সত্যভামানা মঙোন্দা "খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎতি ..." হায়বা হৌরকপদা মখা তাথদ্রিঙৈদা মনুংদগী কৃষ্ণনা সত্যভামাবু কৌরকই। সত্যভামানা "কৃষ্ণ" হায়না হৌনা খুম্মী। নারদনা মাগী ৱাহংগী পাউখুম ফংলে, মঙোন্দা (সত্যভামাদা) খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎশক্তি "কৃষ্ণ" ওইরে অদুনা কৃষ্ণ পীবীরো পুজখ্রগে হায়খি। কৃষ্ণনা করম তৌনরিবনো হংবদা নারদনা ঙাঙনখিবা হায়নখিবা অদু অমত্তা চিংথদনা তমখি অদুগা মাগী ৱাহংগী পাউখুমদি "কৃষ্ণ" নি হায়না খুমখিবদুনি হায়খি। শ্রীকৃষ্ণনা সত্যভামাদা নারদনা মহাকপু (কৃষ্ণবু) পুদুনা চৎপদা য়ারব্রা হংখি। কৃষ্ণ পীয়ু হায়বীগনু করিগুম্বা পোৎশক অমা ওইনা লৌবীয়ু হায়না সত্যভামানা হায়জখি। নারদ মুনিনা অদুদি কৃষ্ণগা মান্ননা লূম্বা পোৎশক অমা পীবীরো হায়খি। সত্যভামানা মাগী লৈতেং ময়াম পুথোরক্তুনা অরুম্বা ওন্নবা ফালাদা*

*হাপ্তুনা কৃষ্ণগা খল ওন্নখি। অদুবু মায় পাকখিদ্রে, কৃষ্ণনা ফমলিবা ফালাগী নাকলদু মচী লেঙদ্রে। কৃষ্ণগা মাম্নবা লূম্বা পোৎশক লৈত্রবনিনা কৃষ্ণ দান তৌরো পুজম্প্রগে হায়না নারদনা হায়রকপা মতম অদুমক্তদা রুক্মিণী থুংলে। ম্বারম পূম্বা খঙলবা তুংদা রুক্মিণীনা সত্যভামাদা ব্বা খরা ঙাঙলম্লগা লৈতেংশিং অদু লৌথোকহনখি অদুগা খূবাক অহমলক খুদুনা তুলসী মনাদা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোম্লগা ফালা মথক্তা থমখি। খূদক্তা তুলসী মনা হাপ্পা ফালাগী নাকলদু লূমথরকখি অদুগা কৃষ্ণনা ফমলিবা নাকলদুনা ব্র ৎখৎলকখি। মহক্তা পামজবা পোৎশক্তু মসিনি হায়দুনা নারদনা তুলসী মনাদু পুদুনা চৎখি। মচেদা লৈরিবা কৃষ্ণ প্রেমগী মহিমা অদু সত্যভামানা খঙজখি।*

তুলসী মনাদা কৃষ্ণনাম শোল্লগা শ্রীকৃষ্ণগা খল ওন্নবা ফালাদা হাপ্পসি শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা ভক্ত উদ্ধবনবু ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণগী লোয়নবী অহল রুক্মিণীনবু ওইরবসু নুংগী ব্বাহল্লোকতি চপ মান্নে। কৃষ্ণদগীদি কৃষ্ণ নামনা চাউবা হেল্লি হায়বসিনি। সত্যভামানা মাগী লৈজবা মমল য়াম্নবা সনা লুপা, লীক- কোল, হিরা মণি মুক্তাগী লৈতেংশিং শীজিন্নদুনা কৃষ্ণগা লূম্বা মান্নবা থৌরাং তৌখি। অদুবু মদুগী কান্নবা করিসু ফংখিদে। কান্নবা ফংবা হায়বা তারগনা সত্যভামানা কোন্না মশাগী ঐর্স্যুয্যদি অসি অসি ওইরেকো, দিব্য নামগী মহিমাদি চাউবোইরেকো খঙজখিবা অদুনি। শ্রীকৃষ্ণবু নারদনা পুরগনি তৌরকপদা মাগী মমল য়াম্নবা লৈতেংনা শ্রীকৃষ্ণবু কলহৌবা ঙমগনি হায়বা সত্যভামাগী ব্বাখল অরেম্বা তাখি। অমরোমদা হায়রগনা শ্রীকৃষ্ণবু সনানা, লুপানা, শেলনা, মমল য়াম্নবা মণি মুক্তানা লৈবা ফংগনি হায়বা অসি ওইথোকতবনি হায়বসু তাকই। প্রেম ভক্তিগা লোয়ননা ভক্ত উদ্ধবনা তুলসী পত্র শীজিন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কঞ্জহৌবা ঙম্বা অসিনা কৃষ্ণ নামগী মহিমাসি অসি অসি য়ৌনা চাউবোইরে, প্রেমগী মহিমাদি অসি য়ৌনা মতীক লৈবোইরে হায়বা অসিসু খঙবা ঙম্মী। চানবীরবনি হায়দুনা মদ কাবা, মানা মহেল্লবনি খনবা, সনা লুপা, মমল য়াম্নবা লৈতেং মরাং কায়রে, মনাই মশলনা পীক থক্লে, মরল লৈরে হায়দুনা

পোক্তবা নাপজগী ময়াই অসিগী মমলদি ভগবানগী মফমদদি করিসু লৈতবনি উফুলগুম্বনি হায়বা অসিসু সত্যভামানা তৌরিবা থবক, পাওথোকলিবা থৌরাং অসিদা মমি তারি। "তুলাভার" দা নারদনা সত্যভামাদা করম্বনা মঙোন্দা *(সত্যভামাদা)* খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎনো হংবদা লীক্লাং পরেং অসিনি, নৎত্রগা মণিমুক্তা অসিনি নৎত্রগা পোৎশক অসি অসিনি খুল্লম্বা তারবা অদুগা মদুদা শ্রীকৃষ্ণ চওলক্তুনা সত্যভামাদা মহাকতি শ্রীকৃষ্ণবু য়াংনা খল্লগা মাগী মরলনা হেন্না লূম্না লৌব্রা হংলম্বা তারগসু সত্যভামা খুমফম খওলোইদৌরিবনি। মশানদি মঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা অথোইবনি হায়না চাউজরিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা নৎত্রবসু নারদনা শ্রীকৃষ্ণবুদি হঙ্গুনা লৌমাল্লে হংলকপদা সত্যভামা মরে খৎপা ঙমলোইদৌরিবনি। নারদবু মাগী মমল য়াল্লবা লৈতেংশিং লৈবা কাদা পুশিন্দুনা লৈতেংশিং অদু য়েংহল্লগা অপাম্বা হায়বীয়ু হায়জবদা করম্বনা মঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্মী হায়না হংবদা সত্যভামানা করিগুম্বা অমা হায়গে তৌরকপা অমসুং মচীন্দা "মঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎতি" হায়বা হৌরকপা অদুদা কৃষ্ণনা "ভামা" হায়না কৌরকপা, সত্যভামানা "কৃষ্ণ" হায়না খুম্বা, নারদনা মানা হংবা ৱাহংগী পাউখুমনি খনবা অদুগা পাউখুমনিসু হায়বা কয়াদা ঙকখ্রবা ফজখ্রবা ভগবানগী লীলানো। সত্যভামানা নারদগী ৱাহংগী পাউখুম নত্তে, কৃষ্ণনা কৌরকপগী খুম্বনি হায়বা তারগসু সত্যভামাদা অরুবা অমদি অদুম মায়োক্ল গদৌরিবনি। নারদগী পাউখুম নত্তে হায়রবদি নারদনা মাগী ৱাহংগী অশেংবা পাউখুম পীরো হায়রকপদা করি খুমগনি ? কৃষ্ণসু মাঙদা লৈরে, মাগী মাঙদা মাবু থাদোক্লগা করম্না সনাসিনি, মণিসিনি, হিরাসিনি হায়না পাউখুম পীগনি। করিগুম্বা পোৎশক অমা হেক মসিনি হায়না পাউখুম পীবদা কৃষ্ণনা "ভামা ! নঙদি ঐবুদি হঙ্গুনা লৌবোইরে" হায়বদা সত্যভামা চেনফম লৈরোইদৌরিবনি। নারদনা হংলকপা, কৃষ্ণনা কৌরকপা মতম চপ মান্নবা থৌদোক থোকপা সত্যভামাবু হিংফা ফাবা চওফা ফাবা মতাংনি হায়বা য়াই। মতাং অসি সত্যভামানা "কৃষ্ণ" হায়ননবা ভগবাননা শীনবা লীলানি হায়বা য়াই, করিগী লীলা ? সত্যভামাগী নাপল থুদেক্লবা ।

অতোপ্পা খণ্ডজিনবা য়ামা অমনা সত্যভামানা হায়বা কৃষ্ণনা ইয়া য়াবা অসিনি। মাগী নাপল য়ৈথেঙ্কে মতাগুম সত্যভামাবু মথোই কাহল্লি, পারিজাত পাম্বী ফৃক্তুনা মাগী থোঙ্গালদা থাবী, ইন্দ্রগা লান শোক্নবা চৎপদা পুবিয়ু হায়জবদা য়াই, ইন্দ্রবু সত্যভামাদা খুরুমহল্লি, মশাবু *(কৃষ্ণবু)* ফালাদা ফম্বীয়ু হায়বদা হেক্তা য়াই, করিগীনো ঐদি ঙমলোই হায়দে, মাবু শীজিন্ননীংবা মওংদা শীজিন্নবদা হেক্তা য়াবগুম উই। নারদনা হায়বদসু হেক্তা য়াই কৃষ্ণনা। মমৈদদি পূম্নমক অসে কৃষ্ণনামগী মহিমা খঙহন্নবা ভগবান দগী লীলানি হায়বা তাকই। কৃষ্ণ হায়বা অসিদি ঐ ঐগীনি হায়দুনা মপু ওইবা য়াবা পোৎশক নত্তে, লৈবা য়োনবা য়াবা পোৎশকসু নত্তে, মমলগী মতাং লেপ্পবা পোৎসু নত্তে, লনাই ওইবা য়াবা পোৎসু নত্তে, কৃষ্ণগী মমল লেপকে হায়রবদি মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মঙোন্দা প্রেম লৈজনা, ভক্তি থমজনা শোঞ্জবা, মাগী মিংলেন- "হরে কৃষ্ণ" হায়বা কৃষ্ণ নাম অসিতনা লেপকদবনি হায়না রুক্মিণীগী ব্রাফম "তুলাভার" দা য়াওবা, মাগী ভক্ত উদ্ধবনসু কৃষ্ণ নামবু শীজিন্নবা অসিদগী কৃষ্ণ নামগী মহিমাদি অসি ওইরেকো হায়বা খঙবা ঙম্মী কয়াদা মতীং লৈশ্নবা কৃষ্ণ নামগী মহিমা, কৃষ্ণ প্রেমগী মহিমা। বিশ্ব শান্তিগীদমক পীনবীবা ওইসনু জগৎ মপুনা প্রেমগী মহিমা। ঙানবা ওইসনু মীপূম খৃদিংগী থম্মোয়দা প্রেমগী মহিমা।

ওঁ শান্তি শান্তি শান্তি



# মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী ফোঙখ্রবা বূকলেটশিং

## (২০০৭ ইং ফাওবগী মনুংদা)

(ক) **পাউদম** (২০০৩ ইং) দা য়াওখ্রবশিংঃ

১। মহাক্কনা ঐবু তবাম্না ওকপিখি - ২০০০ ইং

২। নীংশিংলি ঙসিসু কৈ য়াহীপ- ২০০১ ইং

৩। থম্মোয়গী নুংঙাইবনা ওল্লকপা মীৎকী পিরাং- ২০০৩ ইং

৪। অফোংবা চিঠি অমা- ২০০৩ ইং

৫। শৈবেং চম্ফুৎকী মহাউ- ২০০৩ ইং

৬। মিংথোল অমা ফংজবদা - ২০০৩ ইং

৭। সাহিত্যনা যুমদা লাক্লবসিদা- ২০০৩ ইং

৮। ক্বালিটি এদুকেসন অমসুং ঐহাক্না খঙজখিবা ওজা অমা- ২০০৩ ইং

৯। কংলা চীংদোন্দা বাকুণী কাবা - ২০০৩ ইং

(খ) **অনৌবা মণিপুরগী লময়ানবা অহুম** (২০০৬ ইং) দা য়াওখ্রবশিং ঃ

১। জননেতা হিজম ইরাবতকী পুন্সি অমসুং থবক - ২০০৪ ইং

২। মাইবেম্বম কোইবেং সিংহগী পুন্সি অমসুং থবক- ২০০৫ ইং

৩। মহারাজকুমার প্রিয়ব্রত সিংহগী পুন্সি অমসুং থবক ২০০৬ ইং

(গ) **নোংদম** দা য়াওগদবা ৱাবেংশিং ঃ

১। থম্মোয়বু গুলহনবীবা মৈরা অহুম ২০০৪ ইং

২। শ্রীশ্রী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতীগা শকখঙনজবকপা [illegible] ইং

৩। [illegible]

৪। [illegible] ২০০৭ ই

(ঘ) অতৈ ৱাবেংশিং ঃ

১। অইবী কুমারী খাইদেম প্রমোদিনী - ২০০৭ ইং

২। কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা - ২০০৭ ইং

৩। অইবী খাইদেম প্রমোদিনীগা শকখঙনজবকপা - ২০০৭ ইং

৪। শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেনন্দ্রানন্দ গিরি - ২০০৭ ইং